# মমাং টংথ
# কুগী লৈতেং



খুন্দ্রকপম রাধেশ্যাম

# Koogee Leiteng

A Meeteilon Novel, Written by

Khundrakpam Radheshyam
Ngairangbam 795113

অহানবা থোকওবা : ডিসেম্বর ১৯৯৫
অথোকওবা : খু. ব্রজন সিংহ
কোপী মশীং : ৫৫০
মশকম থোকপা : ইবা
মখুম য়েকপা : থ ইমি কং চাম্বী
মশকম : অইবগী মুখ লাইবাংথম
নমকম : থাঙ্গাল হৈবা প্রেস,
সগোলবন্দ ভাবয়েল কোংলাম লৈক
☎ ১২৬৪২৬

মমল : ৮৫/ ( লাইব্রেরী এডিসন )

শক খঙজহৌদ্রবী ইনেগী
মফমদা "কুগী লৈতেং"
লাইরিকশি কচ্চরবনি ঐনা।

খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম

## থজিত্তং পাঙনিংবা

ইবগী মায়কৈশিদা হায়া খুমাং চাউশিনথ্রবা লোনশিংনা শেমলিবা চৎনবী, থমলিবা অথিংবা, শগ্না নোভেলসিদি অসুম্না ইগদবনি; উপন্যাশ ইবদদি অত্তুগুম্বা মচাকশিং য়াওহনগদবনি হায়বনচিংবা কয়াত্তুদা ঐগী লাইরিকশিদি য়ুমফম ওইজরে। থম্মোইদা ফাওরকপা করিগুম্বা অমত্তং চাংদম্নবতনি ।

অথুবা মতমদা ইজবা (ইবা হৌবা ওক্তোবর ২৪, ১৯৯৪) অমদি পুথোক্লবা হোৎনবদা য়াওখিবা অরান-অহুই কয়াত্তু তুংওইনবিরগ, মীয়াম্না লাইরিকশিবু লৈচল অমনি থনবীত্তুনা লৎনবীরোই ।

তাং ১১ | ১১ | ৯৫ ইং

ওাইরাংবম

অইবা

খুল্লাকপম রাধেশ্যাম

## উপন্যাসকার রাধেশ্যাম

রাধেশ্যামগী উপন্যাস "কুন্দী লৈতেং" খুৎই ওইনা লৈরিউৈদগী পাখ্রে। মহাক্কী উপন্যাসসি হেক পাম্বা হৌরকপা থোইদোক্লা অপাবশিংবু মথা তানা পাথহনত্তুনা হেন্না পানিংবা পোকহনবা মখা কম্রি লাক্কদৌরিবা হায়বা য়াম্না খঙনিংবা উপন্যাস অমনি। "কুন্দী লৈতেং" হায়রিবাশিমক্ক কমদৌনা মিংথোল অসি কদাইদা থোল্লীবনো? হায়নবসি অপাবশিংগী থম্মোইদা খঙনিংবা পোকহল্লী মসিমক উপন্যাস ইবগী হৈ-শিংবা মথলগী থুৎইনি। মহা ওইরিবা অইবা রাধেশ্যামগী উপন্যাস অসি ঙসি ফাওবগী মহা-রোলশিংনা ইনরিবা মওংগী খুৎই নত্তে। অনৌবা মথলগী অনৌবা মথেল অমনি। মনিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা অচৌবা মথলগী দান অমনি। অইবগী উপন্যাস অসি ঙসিগী শাবী শানৌগী মুংশি মুংওনগী ওইবা খুৎই অমত্তু নত্তে হায়না লৌবা য়াই। য়াম্না চম্না অনৌবা শকলোন অমদা ঙসিগী সমাজসিদা হোং-লকইবা, মাংথরকইবা শক্রমময়েক শেংনা তক্ক তনাল পুথোক্লবা হোৎনৈ। উপন্যাস অসিদা তোঙান তোঙানবা মীশকশিং য়াও-জরবস্তু মপুং ওইবা শক্রম থরদংগী মন্নুংদা অঙ্গোজাও, মায়তেন লুবাংলৈনচিংবা থোইদোক্লা শীংথানবা য়ারবা মাগী উপন্যাস চরিত্রশিংগী মন্নুংদা অমনি, রস গুন অতুমক উপন্যাস অমগী মপুং ওইবা য়াওই। ঙসিগী সমাজদা থোক্লিবা থৌদোক বাথোক্কী মন্নুংদা য়াম্না মন্নুং য়ৌনা নিশাগী লাংদা থুরবা মীশক অমগী মাংথরক্কপা মতুগী ফলনা সমাজসিদা তাম্নীবা শক্রম য়াম্না শেংনা উৎলি।

অইবা রাধেশ্যাম মাগী উপন্যাসসিদা তোঙাম তোঙানবা লমচৎ কয়াগী শকলোন য়েক্লবা হোৎনৈ তৌবদবু মপুং ওইনা

অইবনা পুনিংলিবসি মায়ক্তেন, অশোলজাঙ, মালু সুবাংলেন" চিংখনা মপুংনি হায়ভ্রা লোবা যাই ।

ঙসিগী সমাজসিদা নিশা শিজিন্নবগী মাংখরকপা মতুগী মতুং তরোইবা শরুক্তা কয়া কুমদোনা মাংলকখিবা হায়বতু য়াম্না মরিক চুমা তক-ভতনবা উংথোকই । নিশাগী অমংবা নুপীবা মীচক অমম্না পুক্লিদা থেংনরকখিবা, অবাবা খুমোংখিবা কয়াতু অপাবশিংগী থম্মোইদা মুং লাওনা ক্লাওহনবা ঙম্বা অইবগী হৈশিংবা উপন্যাস অসিদা যাউই । হৌজিক-হৌজিকমক ইমাংমক্তা থোকপা থৌলোক অমগুম অপাবশিংগী থম্মোইদা য়োৎহনবা ঙম্বা খুৎইনি অমরোমদা খুনাইশিগী মনুংদা নুপী ওইবীশিংগী শোনজবা শক্তম অমসু অইবনা পুথোক্নবা হোৎনৈ ময়েক শেংনা পুথোকই । ঙসিগী মনিপুরী সমাজসিদা মমা মপা মবুং মৌপরা ওইরশিংনা ইঙ্গোকপীরব নুপী অমগী পুক্লিগী শক্তম য়েকপা অইবগী ফজবা চম্না ময়েক শেংনা উৎলী । মকু-মনেম অমিনা পামজব্রা রানিতাগী পুক্নিগী শক্তম য়েকপা তক্ক-তক্কই । মকু-মনেমগী মীওং মীনৈগী অরা চৈরাক থোইদোক্লা ঙসিগী সমাজগী চৎনা পথাপকী বাংমদা থাজদনা অইবনা তেঙানবা মীওৎ অমা পুশিল্লকপা অপাবশিংদা ঙক্লা থোকহল্লী অইবনা অস্তুমা "নবানিমক পুথম মনাক্তা ফম্মু পুথম তেঙ্গোংতগীচু নবানি হৌজিক চাপদবনি" ( লমাই ৫৯ ) অস্তুমা কল্লবা মকু-মনেমগী চৈথেং ঙবা পোৎলুম নংলবী নুপী অমনা খাংলিবা মপুরোইবগী দমক্তা কদাই ফাওবা বা মচেৎ অমা ঙাংদনা ইরাললনংনি খন্দুনা পেনখোকপা ঙন্বী নুপী অমগী চরিত্র য়েকপা মরিক চুম্মী । ঙসি কুনগুবা চহি চা লোইরমদাই মতম্রসিদা মমা-মপাবু মকু-মনেমবু কৌনা চংচরা খুনাইশিগী

চঙ্'ন্নোজঙী কক্জরবা লমচৎ জমত্ত অইবনা পুন্নিলক্লুনা অপাবশিংদা হংচোইবা শীবা ঙম্মী। উপন্যাসসিগী মতুংদা য়াওন্নিবী রানিতাগী লমচৎ' শাগৎলকপদা চুগী ওইবীশিংগী মতৌকী শুন যাংনা থুখংলককই। মনেম-মকু ওইবগী মফমদা অচুম অরানগী যা নত্তনা মথক থোংবলি খন্দুনা রাহৈ অমা কাওবা হুক্লংমা থুংদবা ইকাই থুম্নবা মপুন্নোইববু লাইগুম্মা খনজবা, মাংলমচংকী চৎনবীশী কক্জরবা শকুম অমা পুথোক্লবা লাকনৈ৽ মন্নিক চুম্না য়েকই। মকু-মনেম. মথৌগী মরক্তা য়াম্নদবগী য়েংলীবা মীৎয়েং ওশেংনমক অইবগী হৈ শিংবনা রাহৈ থরদংনা ফজনা ওৎপা নৈবগী শক্তম ফজনা উই "চৈচ্ছ থরা চাউবনা ফুনে… …. শীবা ঙমলোইনে" ( লমাই ৪৫ ) অসিয়ৌনা ওৎপী নৈবীরবা রানিতাগী পুক্সিদা মপুন্নাইবা ওইরীবা নুপা অমা মহাক্না মমা মপাগী মথক্তা রাহৈ অমা কাওবা অচুম-চুমদা খম্নদনা হক্ষংনা যা হায়বা ঙমত্রিবদি করিগীনো? অইবনা নমজ্ঞনা ঙমহনদবরা রাহং অমদি অপাবশিংনা হংনিংথি। মতাংসি কাওবদা রানিতানা মাগী মপুন্নোইবা ওইন্নিবা মঙোন্দা রাহৈ অমা কাওবা ঙাংদে মসিমক ঙসিগী সমাজসিদা থরা তাংনা থোকই। অইবনা রানিতাগী লমচত্তা থ্রাইদগী রাংবা নুপী ওইবগী থাক য়োনা পুখৎনিংবগী ওইরম্বা য়াই। মসিমক অইবগী মীৎয়েংদা অপাবশিংগী রাহং অমদি হংফম থোকই।

অমরোমদা রাধেশ্যামগী "কুগী লৈতেং" হায়বা উপন্যাস অসিদা পাখং লৈশাবীগী ওইবা শৃঙ্গার রসকী মতাং অমদা অসুম্না পুশিল্লী "কৈদোবগী শাওদোইনো……..অহুদি ঙসিশি চরা হেন্নশিরা হোরেল তুম্বা য়ারোইনে" ( লমাই ৪৮ ) অসুম্না চুম্না নুপা নুপী অনিগী নক্নবা মরি ফজনা উৎলি। করিগুম্বদা

মীশুংশিগী শকতম য়েকপদা অইবগী চয়া ফজবা মওং উখা ফংই। মচা ওইবতা হেন্না শুংশিবা উৎপগী মওংদা "নখোয়গু পীজনিংইনে নংদি শিদা চারো" ( লমাই ৫১ ) হায়বা মচাবু শুংশিবগী রাহে খরসিদা ময়েক শেংনা উৎলি। অরাবগী পম্মেং য়োবদা শুপা ওইবগী থৌনা ফুদোরক্লনা ময়ুম থাদোক্লনা চৎখিনবা হৌদোক্লকই, মচুদা রানিঙ্গানা "অহনশিংনা চানবীক্ত্রি ফাওবদি থাংখিবা তারেদনা" ( লমাই ৫৩ ) রাহেসিমক শুপী ওইবশিংগী থাংবা কনবা মোংমদি শোইদনা চানবীবক্নি হায়বা থাজবা শুপী ওইবশিংগী মশুং হলক্তিনবা লমচৎ পুথাবকই। শাবী শানৌগী থম থেংবা শুংশি ঈচেন্দা বানিতাবু চেয়কপা শুমিত্তা মনেম ওইবীনা পীজবা চাকলেন পুখম "তেঙ্গাংতগীদু নবানি হৌজিক চাগদবনি।

"চাক্কী মচুং শিন্দুনা য়াওরিবদু রাইনি তেঙ্গোংতা য়াওরিবদু ঈশিংদা মৈতাল থাদবনি" ( লমাই ৫৯ ) অসুম্না অইংনা শাবী শানৌগী পুন্সিগী অহানবা থুংনবগী অহিংদা থেংনখিবা থৌদোক্তা যাম্না বা হয়না রাহে খবনা মনুং যৌনা ফোংদোকই। মসিমক উপন্যসকী মহাওদু অপাবশিংদা মথা করি লাক্কদবা হায়বা য়ম্না থুনা পাহম্নীংবা পোকহল্লী। মতৌ অসুম্না অইনো মাগী উপন্যাস সিগী ফজনা শকতম অমা লাকহনখিবদগী মতুং তারবপদা ওসিগী সমাজসিদা হেংলকইবা ঈচেলগী ওইবা যাবা লম্বী অমরোম্দা যাম্না ময়েক শেংনা উৎলকই। তশেংনমক অইবগী পুন্সি মরেল মাগী শমলপ্পা ল.চৎ শাজৎ থংগুবনা থোইনা হেন্না মাগী উপন্যাস "কুপী নৈতেং" সিদা পুরকলিবা শকতম খরদা ঐনা পনজনিংবদি অইবা মশা লমসিদা খন্না হেন্না বাখল নৌবা মীশক অমনি হায়না খনজে। মতাং অমদা মায়তেম্না

যু থকপা মীশক অমা ওইখিবনা, মমা মপানা ওংগী নৈবীবদগী খাঙগত্রবদা মীওইপোক্কী অচান মীরাই নাইবা সংসারসিদগী লাপাথোক্লুনা পুন্সিগী ওইনা চংগ্রবদা রানিতা অমদি মাগী মপুরোইবা অনিগী থরাই য়াওত্রবা হকচাং পোলাংত্নবু কু অমগী মসুংদা পুম্না অরোইবা ওইনা মীওইপোকপক্কী চিন্তাগী মৈথুনা চিনাইদ্রবা মালংদা তিনখিবগা লোইননা মথংগী অনৌবা শক্তম অমা অইবনা পুশিলকই। মসিমক য়াম্না মরিক চুম্বা মীওইবগী পুন্সিদা নক্লবা শক্তমত্থু ময়েক শেংনা উংলকই। মাগী খুৎইনা মায়তেনগী পুন্সিদা মতৌ কবম্না মায়তেন যু থকপা মীশক অমা ওইরকলিবনো হায়বত্থু ময়েক শেংনা অপাবশিংদা পী। রানিতা অমদি মপুরোইবা অনিগী সংস্কারগী মুমিংতা মীওইপোক্কী খাঙমদবা পুঙমদ্রবা অরাবগী পনগুংদগী নাম্থোক্লবা, কাওথোক্লবা কবি উপাই থিরকপগে হায়বত্থু ইসিগী সমাজসিগী মনুংদা চংনরীবা মুংচাইবনি লৌরিবা যু থকপসু পুশিন্দুনা মুমিংতুদগী মায়তেনগী পুন্সি মগী নিশাদা লাইচুববা মীশক অমা ওইরকখিবা। লোইননা খাসিগী সমাজগী অচৌবা অহোংবা শক্তম অমত্থু উবা ফংহল্লী অইনগী "কূগী লৈতেং" হায়রিবা মীংথোলশিমক থোইদোক্না মরিক চুম্বা মফম চানা অহৈনা লাইয়েকপা মীনা মফম চানা হক্লনা শেমখিবা লৈতেং অমা ওইরিবা মিংথোলনি। মাগী "কূগী লৈতেং" হায়বা উপন্যাস অসি য়াম্না তোইনা পল্লী মাসমক পনলমদনা পুরক্লবদি থোইদোক্না সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবদগী হেন্না ফজরবা পোংশক ওইরমগনি হায়নিংই। অত্থুম ওইনমক অপাবশিংনা কমদোনা কদাইদা মপুং ফাবা মীংথোল ওইরকদৌরিবনো হায়বা অত্থুম পাথরকপদা পম্বদনা খঙনিংবা ফাওবা ইথিল অমদি উপন্যাসকার ওইরিবা রাধেশ্যামগী হৈ - শিংবত্থু ময়েক শেংই।

মীওইবগী পুন্সিদা থাদোক্লবা য়াক্রবা পোৎশক অমা লৈরি হায়বসি ঐখোয়না কাওথোকই ।" শীন্নগা কু অমা দরকার ওই, অদুবু কুদুগী লৈতেংদুদি মপুংফাবা অমা ওইনবা হোৎনবদা চংলিবসি অসিবা মীশক অদুনি, মদু য়াওদনা কুদুগী লৈতেং মপুংফাদে। হায়বসি অইবগী ফজরবা শুংগী বাখলবু থাগৎতবা ওমলোই। মতাংসিদা অইবগী ফজবা শক্তম অমা, করিগুম্বা থোদোক বাথোক অমদগী নিশাদা (য়ুদা) লাইচুরবা মায়তেনগী পুন্সিগী চরিত্র য়েকপদা মরিকচুম্না য়েকই। নিশানা লাকহৎলবা মায়তেনগী চুপী ওইবিবা লুরাংলৈন। মপুরোইবা ওরিবা মায়তেন্দা নোংমতা য়ু থকপা তোকপীরে। হায়খিদে অদুবু লুরালৈন। মপুরোইবব্ য়ু থকপা পাম্বরা হায়বদি নংগি শিদগীদি ঐখোয়গী কানা যুহ থরশি লৈবন্ত্র ঐনা চংক্লনি" "লমাই ৬৬ অস্তুম্না লুবাংলৈগী মচিন্দগী ভাংথোকপা মতং [illegible]না পুশিলকই। [illegible] ভাংলকই [illegible] অফবশিংনা শব্রগা যাই অদুবু লুবাংলৈনা মপুরে [illegible] নিশদগী লাপথোকহনবা। মানবা পুরকপা ফজবা অইবগী শুংরৈনা। নিশানা মাংথরকলবা পুন্সি অমদা নৌনা মালেমসিদা লুখাবী ওইহৌরবী অমগী পুন্সি মরেন্দা। ওসিগী সমাজসগী মীয়াম্না লুখ্রাবী ওইহৌরবী কমগী মফমদা য়েংবা মীৎযেং তনাল অইবনা চম্না পুথোকই। মপুরোইবা কায়নরবী লুবাংলৈগী পুন্সিগী লম্বীদা থেংনরিবা সমাজগী মীনোক মেশা অমদি লুখ্রাবী অমগী মফমদা য়েংবা মীয়েং অইবনা পুথোকইবা মপুথোক ফজে। ওসিগী থুংনাইসিগী মুপা নহানা লুখ্রাবী অমগী মফমদা য়েংবা মীয়েংদা অইবনা অস্তুম্না ফোংদোকই "ঐ লুখ্রাবীনি চাজেনবীনি হায়বসি মরক মরক্তা নিংশিংত্রা ?" লমাই ৩১। বাহৈশিনা লুবাংলৈগী য়ানিংদবগী পাওখুম কয়ানী মসিগীদু মথক্তা লুখ্রাবী

অমগী মফমদা অঙোক্তাওনা অসুম্মা "নিনি হুমনিসিদা নং ঐংডোক্ষা লৈবা ঙমগত্রা হায়মু" লমাই ৩০ মতৌ অসুম্মা ওসিগী সমাজসিগা থুগা ওইবশিংনা য়েংলিগা মীয়েং মচাসু লৈরবী লুরাংলৈগী মফমদা অসুম্মা অইবনা মাগী উপন্যাসসিদা ফোংদোকই।

অমরোমদা রাধেশ্যামগী খুৎইদা থাইদগী মরী ইরৈ লৈনবা মাঙ্গন; ওসিগী মনিপুরী সমাজসিদা সাহিত্যবু তৌরিবা মীশক কয়াসি মীথানদে হায়বগী পেন্দবা শকলোন অমসু কননা পুশিলকই মতুংগীসু মথক্তা ওসিগী মনিপুরী সাহিত্যদা কবিতা ইরিবশিং অসিগী চন্নফম ইরৈমক লৈতবগুম তেংথাজবা রাফম অমসু অইসনা পুশিলকই। চুম্মী মনিপুরী সাহিত্যসি ভারতকী ওইনদি শক খংবীরে অতুবু মানপুবী সম'জসিদদি সাহিত্য তৌবশিংসি য়াম্না থাপ্না থম্বীবগী থম্মোই শোক্না পেন্দবতু মাগী উপন্যাসসিদা পুশিন্দনা নাকোয়নবা ফোংদোকই মসিমক রাধেশ্যামগী ফজরবা মখলগী অনৌবা মথেল অমনি হায়দনা ঙমলোই। মসিমক অইবা রাধেশ্যামনা সাহিত্যবু য়াম্না নুংশিবগী ময়েকশেংলবা খুদম অমনি "মীশিংনদি শৈরেংগী লাইরিকশিংবু কয়া থোইনা লৈনদে হায়নৈ" ( লমাই ৪২ ) অতুগা অমুকসু অসুম্মা "শৈরেং ইববু শেন্দাল লম্বী অমগুম্না খনবতুদি ওয়রোই" ( লমাই ৪২ ) মতাং চানা মফম খঙনা মতম য়েংনা ওসিগী মনিপুরী সাহিত্যদা লৈরিবা শরুক খরসু সাহিত্যগী লৈচল ওইরিবা শৈরেং পাবীনবা লমদমসিগী অবাংপা শক্তম রাহে খরসিনা ময়েকশেংনা অপাবশিংদা খওহম্নবা হোৎনরকই। মসিমক অইবগী হৈশিংবনি হায়না থমনিংই।

রাধেশ্যামগী "কুগী লৈতেং" চম্না নুংশি নুংঙনগী শরুক খরতমক য়াওজরবসু ময়েক শেংই। মায়তেন অমদি লুরাংলৈ য়ুম

পানমিন্নবগী ফজরবা চরিত্র মায়ক শেংই । থিংবদা ঙমলবোইদবা মায়ত্তেনগী নিশাদগী লুরাংলেনা চন্না মপুবোইববু যুগী নিশাদগী কনবা ঙম্লনা চন্না পুশিন্নকইবা, নিশাগী জগৎতা তাঙখবা মীওইবনা মদাই যৌনা মাংথবকপা হায়বত্রু তশেংনা উংলি । নিশা চামিন্নবগী লমচৎ খেক্লপদা যাম্না ফজে । "নুপা অমনা তিক্লো অহিংবা মচেৎ অমা নযান্না চিকই লেমাহোবা মচেৎতুব মায়ত্তেনদা পীবগা হায় তাদ মসিমক চাদ্রী ।" ( লমাই ৭১/৭২ )

নিশা চাবশিংনা নিশাগী মফাই লাক্লবা মতমদা ঙাংন শক্লিন্না ব হৈ খরসিদগী অপাবশিংদা খংহনবা ঙম্মী । নিশাগী ইপাক্তা তাওববা মতমদা রাহৈ অংদগী শাওনবা খংনবা কযাবু অইধনা যাম্না তেনজক্লা ফো দোকই, অপাবশিংবু মহুং হুনজিন্ন খঙহনবা ঙমহন্নী । রাধেশ্যামগী 'কগী লৈতেং" পীকচবনস্ত উপন্যাস অমা ওইবগী যাওকম থাবপা বস গুন চোন্ন হায়না লৌনা যাই । অইবগী তাংগনবা উপন্যাস "কহনব" হ যংচুদগী চন্দক্লা 'কগী লৈতেং" হায়বসি থোযদোক্লা অনৌবা খুংংনি হাংবা যাই । লোইননা মনিপুরী সাহিত্যগী লৈচা অমা ওইবদা শোইদনা চন্নফম থোক্লবা অইবগী অনৌবা খুদোল অমনি । অবোইবদা ঙসিগী মনিপুরী সাহিত্যদা রাধেশ্যামবু উপন্যাসকার ওমগী মফমদা থম্মদা নিথে যগা সাহিত্যগী মচাক খবদি লোখংপা যাবা শেইদনা ওহবগনি অইনবু লানদমসিগী সহিতাবু পানজবা মাশক শ না খংনাফম থোকই । লোইননা অইবদগী তুংগী আশা কযাস্ত ঐথো যনা থৌনা হই । শোইদনস্ত মনদমসিগী সাহিত্যগী মচল অমা ওইবা ঙম্বা ঈশ্বরনস্ত পীনবীসন্ন ।

তাং ১০/১০/৯৫ ইং
যুরেম্বম

শশীকুমার সিংহ, য়ুরেম্বম
ইডিটর "ঈচেল"

# কুগী লৈতেং

খুমাং তংখাইমুক য়ুমগী উকম্না থনজিল্লে লেমহৌরিবা শরুক্কুশু উ-বাগী উকম্না হাইকেং থনজিল্লকই । ঙশাইমথে মমাং শঙ্গোইদা তন্দ মান্দেনা ফি শাব্রিবী, অনা শককম মানবী, লুবাংলৈনা খুমাং মতোম্দা লৈরিবা ফৌ ফৌরাহু উকম লাংলে হায়বশি হৌজিক্কা উরকই । শৈম্রাং ৬, ৭ মুকশু ফৌহু চারি । ফি শাবহু লেপ্লে, করিগুম্বা বাহৈ থরা ঙাংবগুম চীনবানহু হাইকেথ লেংই ; খোঞ্জেল খোকশিন্দি নত্তে । মাগী মনাক্তা য়ী লৈরম্বা অতুগা মানা চীনবান লেংবহু উরম্লবদি "করি হায়বনো?" হংলকনি । চীনদি লেংলগা খোঞ্জেল খৌকত্রবশু মানা হায়নিংলিবহু অশুম্না ওইরম্বা য়াই— "ইহে, ফৌশিন্দি উকম লাংলম্মৈদনা; শৈম্রাংনশু চারেনে তৌরিবশে ।" ফিশা কোন্দগী তপ্না কুমথে । হান্না

শেল্লাংশিংছু তানগে ছায়দে: ইমুংদা চংলুরগা বোরাগা থুমোক্ক পুরগা থোরকই। মানা চংশিল্লকপশিদা শেল্লাংশিংছু শঙ্গোই মথক্কা পাইখৎপ্রে। ফৌরাগী মচি অমদা ফৌশিংছু তাশিল্লগা থুমোক্কা পেকশিনবা হৌই। থুমোক্কুমা থল্লহুনা বোরাছু ফৌরা মথক্কা পুখৎলগা থুমোক্কী মপানগা পুম্না পায়রগা বোরাদা ফৌছু হৈজিল্লি। বোরাছু মচীন খুবনিনা ফৌশিংছু বোরা মমুংদা ইচং চংব্রে৹ ফৌরা মথক্কা অয়াম্বনা তারে। অমুক হন্না ফৌরাছু থাঙ্গৎলগা ফৌশিংছু পুল্লপ্ তাশিল্লি অছুগা থুমোক্কু থন্না পেকশিল্লি। শঙ্গোই মচীন ফাওবা চৎলগা কোম্বোংলোমদা মায় ওল্লগা কৌই—"মালু নং অমুক্কা লাকথো।" মখোয়গী কোম্বোংছু উনা শাবা হুমাই অনি পানবনি। হুমাই অনিছুদা মালুগা চানবীগা তোংহুনা শান্নরি। লুবাংলৈনা কৌবছুদা মালুছু ওমাংলোমদা চংলকই। চানবীদি থুনা অমুক লাক্কবা ছায়রগা অছুম শান্নহৌই। লুবাংলৈনা ফৌরা মনাক্কা চংলকপদা শেল্লাং অমথক ফৌরা মনাক্কা তাবা ফৌশিংছু খুন্দুনা চারম্মী। মছু উরগা মাগী বাখলদা নাইতোম চাক্কাবা শেল্লাংছু মাগুম্বনি থল্লুরমাল্লে৹ ফৌ খুয়া অমা খরা থাপ্লা থাবি। শেল্লাংছুদি কিবদগী পাইখৎপ্রে। মছুদা লুবাংলৈনা থল্লকই—"মপাং শেৎনব্রিবা শেল্লাং ওইহুনা ঐগুম্বীনা থাবা ফৌ চাব্রিমাল্লে।" কিবদগী শেল্লাংহুনা ফৌছু চাব্রিবনি ছায়বা শোমদা থল্লে। পুনশি লমশাংদা অফ মুংঙাই থেংনব্রবা৹ নোংদম্বনা মরাইবক্কা ফক্কবতা তম্বীরবা মীওইশিংনা মরক মরক্কা লমফৈনবা বাখল থল্লকপা

ছোনশানি মালুনা চংশিল্লরগা হংলকই —"বোরা পায়য় হায়রিল্লো ইমা ?

—উম অমুক্লা পায়য়, ফোংস ইথস্তনা হানবা য়াত্রে।" রাখলগী মণ্ডলান কায়রতুনা খুয়কই। মালুনা বোরাহু পায়রগা খোল ছোনা কৌই—"চানবী বোরা পায়শি লাকও।" চানবীশু চেল্লকই বোরাহু পায়মিন্নরৈ; ফৌ হানবা লোইরতুনা অঙাং অনিহু শান্নবা চংল্লে। লুবাংলৈনা লৈমায়দা তারিবা ফৌশিংহু খুল্লি। ফৌ মরু খরা মাগী খুবাম মনুংদা য়াওরকপতুদা খল্লি—

"ফৌ মরু খরনা খুবামশি থল্লনি, থুমোক অমুক থল্লনি, অতুদগী বোরা; ফৌ মরু খরনা মথং চহিগী ফৌদি, খরনা পুকচাক। মশি মঙাই মীওইবগী পুনশিশু।" মতাংশিদনি মায়তেনবু নীংশিংলক্লিবশি। মতমতুদা মায়তেন্না মাগী কাংবুতুগা তিন্নদবা ঙম্নবা ঙশিগী নীংঙমদবশি লৈরমদবশু য়াই। করিগুম্বা মায়তেন্না হল্লক্লুনা রারী শানবা য়াববদি লুবাংলৈনা হায়গনি —"ঐনা হায়জবা য়াবিদবদগী ঙশিদি ইমা ইচাগী পুনশিশে মহাম তারেদনা ? হিংনিংঙ্গবা ঐগী পুনশি মরেন্দা নং পেল্লবা নত্রা ? ইমা ইচানা পিদোন্না হিংলিবা পুনশিশি থোক্লবনি নংনা মতমতুদা মুপা পাঙ্গন থোক্লা ঐগী রাবু য়াবিখিদবদো।" অতুবু রাকমশি মাগী রাখলগী তাইবংতা মওই, মঙদা ফাওবা ওইরদে। খল্লুরগা পেন্দবনা হেল্লকপদগী মখুৎ অনিমক খুৎতুম তাশিল্লগা লৈমায়দা কন্না থাই। মথুত্তা চৈনা ফংলবতুদা তারিবা ফৌশিংহু অমুক খুল্লকই। তংখাই চল্লকপগী অতুদা অঙৌবীহু

কোম্বোংলোমদগী চংলকই। মথুত্তা খাও অমগু পায়। চানবীগী মাপুগনগু মতুংদা খাও অমদা পুম্না পুমিন্নগী ইন্নরকই

লুবাংলৈনা মায় লৈথোরকপা হংই—
"য়াম্না গুম্না হল্লকইনা ইনশ্মী ?"
—"পোং লৈনিংঙাই য়ামদবনিনা গুল্লিবনি।" লুবাংলৈনা খুল্লিবা লৈবাক্তা তারিবা কৌশিংদু উবদা হংই—
"কৈদোবদা তারিবা কৌনো অহুদি, ছইনা চৈনবদা তারিব্রা, অঙাংনা শাম্নবদা চাইথায়রিরা ?
—ঐনা শেন্নাংদা থাবগীনি।
—য়াম্না থামল্লিবে।" অঙাং অনিত্থুদা অমুক হায়—
"নবানিগু কৌশি থরা খুনবা য়াদ্রো শান্নদৌ শরুক।
—ইনৈনা খুল্লুগু হায়দনা ?" চানবীনা হায়। পায়রিবা খাওদু মাঙৌলদা থম্লগা, ফক্লাংদা ভারিবা ফক্কু থারগা অঙৌবীদু কপ্পী। লুবাংলৈদা হায়—"লুবাংলৈ, কোম্না খুল্লো, পোং চৈশিংশি য়েংথিশি লাও"
—লাক্লগে ইনশ্মা, খজিক্তা ভাইরে করক তাদনবা লোইশিল্লয়গে।" হায়রগা অথুনবা কৌশিংদু বোরাদা হাপচিল্লগা অমুক খুল্লি। মালুগা চানবীগদি অচৌপোং হাম্না থিরগা চাগদগী হোৎনরি। লাইরে শানা কোনবা শুং-হবাই ময়োমদু লৌরগা চানবীনা অনি থোক্কা য়েল্লি ; মতুংদা শালুনা হায়—
"ভাচৌগী শরুক য়াঙরোইদ্রো ?
—হৈমা, ঐদি কাউথোকত্রা ; অমুক য়েনশি।" শুং-হবাইদু পাক্কা

শান্দোক্লগা অহুম থোক্লা য়েল্লে; মবানিনা ময়োম অমমগ্গ পায়রগা ময়োম অমনা অঙৌবীদা পী। কৌ খুনবা লোইরে; বোয়া মশাদা য়াওবা লংহুম থৌরিহুনা 'বোয়া মচীন্দু কিশিল্লি। বোয়াহু পমবোই থাংবোই তৌরগা, য়ুমজাওগী অয়াং খংবদা তপথবা য়ুমহুগী ইমুংদা পুশিল্লি। থোংগী পর্দাহু মকোক্লা হাইদোকলুবদা নাম্থোরক্লুনা মকোক্লা তারে। চৎপা উত্রে। লুবাংলৈগী মওংহুদা চানবীগ মালুগা নোকই। অঙৌবীনা হায়রকই —"নংগী পর্দাহু নোংমদা তারিবশি মশীং খংলম্লরোই।" অঙাংশিংদা ওনশিল্লগা মখা তাই —"নবানিগুু নোক্লুনা লৈদৌ শরুক পর্দাশি খয়া লৌথোকপীক্লচোদনা।" মালুনা চেনখিহুনা পর্দাহু লৌথোকই। অহুগা হান্নগী মফমদা হাপ্পবা হোংনৈ। মানা নেস্থনিনা হাপ্পদি ঙমদ্রে। অঙৌবীনা—"নংনা ফংলরোই, নমা থোরক্লগা হাপ্লশনু।" হায়রগা মানা লৈরক্লিবা পোৎশিংহু খাইদোকপা হোই। লুবাংলৈহু ইমুংদগী থোরক্লগা মালুনা হাপ্পবা হোৎনরিবা পর্দাহু মফম চানা হাপলে; চংশিল্লক্লুনা অঙৌবীগী মনাক্তা ফম্মী। অঙৌবীনা হায়—

"নংগী ফিগী পৈশাহু পোৎশিংশি লোইশিল্লগা পীরগেকো।—য়াইদা।" তাঙ্গাহুদা মানা হাপ্লস্বা পর্দাহু তারক্লে, অঙৌবীনা মহুদা য়েংলগা হায়—"নংগী পর্দাশি তাদনবা খয়া শেম্মু হায়বশি মরিরক হেক শুরবনি ঐনা চোঙ্গোন্দা হায়রিবশি, মানা মনাদা শুংহাপ হাপতে।

—"মাদি য়ুমদা পুং অমা ফানগুু লৈতনা করম্বা মতমদা শেমনেগে? মুমিদাংদা শেমদৌ মঙাই।

—মানবু হৈনিংলবদি মুমিদাংদগু শেম্মা ময়াই; মাগী কাগীদি—অমুক, মুংখিল, মুমিদাং হায়বা খিদ হেক্তা শেম্মী । ফোরেলগা অমুক শেম্মু হায়খিনি, মতুদা শেংদ্রবদি হন্দক পর্দা শাবদা মাগী শরুক য়াওরুম্নু ।

—য়াওদবকা য়াবা হায়রুম্নু ইনম্মা, হৌজিক্তগী হেৌনা হায়গীশি মক্সে, মচু খরা নৌবা অমা শারশিত্নম হায়রবনি ।

—ইনে ঐখোয় তাচৌনা হায়রিরো ?" চানবীনা লুরাংলৈদা ওনশিল্লগা হংই । লুরাংলৈনা খুম্মী—

"হোয়নে, নং তাচৌনা হায়রিনিনে ।

—তাচৌদিনে মাগী কাগী পর্দাতু পংগুদা শুবনি ।"

অঙৌবীনা হায়ফেৎ ওকপগী মঙংদা হায়—

"কয়াদা হৈপা শারিবা অঙাংনো ?

—মখাগু তাখোনে ইনম্মা, মানা হায়রিবা পর্দা ফিতু লং খরা কুপ্পা, অনানবনা শাশি মথক মখা অনিনক পীকত্রক্লা, বাংলপা ফিজং কোংলু, ময়াইদনা পীক্লা যুংনা লাংউ; মবক্লদনা ভানুগী মঙংদা কবোক চাইযু শিনিশে ।

—মশিগী অঙাংশিদি লাইমন্ত্র অওৎ অপা শাবেদকো ।" লৈরকপা শোইজিন মযোমতু যাম্বা মাম্নদনা অনি থোক্লা য়োম্মী । খরা যামদবা ময়োমত্নুনে, উ মোরোক অতেকপা অনিনে, ভারি খরনে পীরগা অঙৌবীনা হায়—

"শে মালু, মসি থমজিল্লুরো নমা নচানা চানবা; ভা অতেকপদি নং মাম্মনা লাকপদা লৈজরক্কনি হায়তুনা লৈরকত্রে ।" মালুনা

পোৎশিংদু পুরগা চৎকদবগী হৌগৎলকপদা অঙৌবীনা খান্নী "ঙাইখো মালু, ফদিগোম তীঙ্লৌশিংদু খরা পুখো।" অশি হায়রগা পীরকই। লুরাংলৈনা পীরিবদুদা য়েংলগা হায় —"ইনম্মা, পীরিবদু য়াম্মক্লি; নহাক্না ইনম্মনা পীবদুশু চাবা লোইদনা কংগ্রবনি।

—নহাক ঐনা খজিক্কুং পীবদু চাহৌদনা কংহল্লবদি নখোয়দি ফদিগোম তীঙ্লৌশি করিমত্তা চাক্রেদনা।

—মালুশু হৈনদে হায়দুনা চাদে; ইরোনবদা থাকপা তীঙ্লৌ মনাদু লোইনা খন্দোকই; ইনম্মনা পীরিদু তীঙ্লৌ য়াওরুস্নু। —য়েনশাংদা মরোই থাকপদি মনম লুংশিনা হাওবনি, চাবা ঙম্মুনে মালু নংবো।" হায়রগা তীঙ্লৌদু লৌখোকই। ফদিগোম খরা অমুক হাপচিল্লি। মালুনা হায়—

"ইনে ঐদি চাক শাইবদা তীঙ্লৌ অহিংবা য়াওরবদি চখোমত্তমা অদুম ওথোকএ।

—"লাইমা ঙৌখিরেদকো নংশু, নপা মান্দৌরি।" রাশি হায়দোকউরগা অঙৌবীদু তাঙক মায়ঙরুনা লুরাংলৈদা য়েংলকই। মানা হায়খিবশিংদুদা হায়বা য়াদে হায়বা ৱাহৈ য়াওবদি নত্তে; মাতনা পল্লিংদবা ৱাহৈ ঙাংখিবদুদা খৌতক তৌবনি। অঙৌবীনা মথন্তা লুংঙাইজরম্লোইদবদু লুরাংলৈশু থঙই; ৱাফমশি নাথেনবা মালুদা হায়—

—"পোৎশিংশি চাকথুমগী উপুদুদা হাপচিল্লরোদনা।" মালুনা চৎপা হৌরকপগী অদুদা মথা তারকই—

—"পোৎ থমজিল্লগা উপুহু নীংথিনা অমুক লোনশিল্লম্মুকো ।"
অঙৌবীদা ওনশিল্লগা হায়—"ইনম্মা, কিযোনবী অহলহু
কাম্নক্রমত্রা ?

—কারক্লম্মী; শে নংগী পৈশা ।" হাযরগা পৈশাহু মশাং
থিরগা পীরকই । মথাশু হায়—"নং কৈথেল কারবত্রবদি
কৈদৌরেশু হংলকপনি ।

—ইনম্মদি করি থুম্নম্মী ?

—"য়ুমদা থাদোকপা য়াদনা থবক লৈবমনি হায়বম্মনি ।"
চানবীদা পাথোন শাঁরকই—"চানবী পোৎশিংশি ইমুংদা থরা
পুশিল্লো ।" লুবাংলৈদা অমুক হায—

"নং মাগা অমুক্রুং নোংমা নিনিশিদা উনশিশু হাযরকপনি ।
করি মহৈশংগীনো মোম্পাক কি, টেবল কি পুম্না চামাম্নক শাগদবা
লৈ; অকুপ্পা মরোলদ নংগা শান্নগে হায়নে ।

—ইনম্মদা হাযরক্লবশু য়াবত্নবো ।

—হাযরকত্রিবশিনদি যাম্নমদ ভারেদনা । হয়েংলা হংচিংলা
নং অমুক্কা চৎলুচো ।

—ঐ চৎলোইদা ইনম্মা । নাতৈ চাদৌ মান্দে ।

—চৎলুচো কৈনো, রাতু ভাংনরগা যেংউ; ঐদি কান্নগনি থল্লি।

—কান্নবগীবুদি শোয়দনা কান্নগনি, ঐনা কৈথেল চৎনিংদবগী
বানি ।

—হন্দক নংনা কৈথেল চৎত্রিবশিবু করিগীনো ?

—চুম্না শুম চৎনিংদবনি ।" মথা ভাদে, অঙৌবীনা মথা ভারকত্রা

থনবদগী হায়রকই—"করিগীনো থঙদে হন্দক্কী ঐ কৈথেল শুংচং চংনিংদে।" মাগী ৱাশিদা অঙোৌবীহ্ন মথা তানা হংত্রে; অশুম্মদি হায় —"খুদোং চাবন্থ মাংহনবদি ফত্তে। ঐ চংগীক্লগে অকুপ্পা মরোলহ্ন হায়রকউবু য়াগত্ৰা থঙদে।

—য়বাবুদি য়ারক্কনি; অহু ওইরবশু চংলগুমশিদা ইনম্মা।

—নং চংলুচো হায়শু য়াদে, ঐ চংলুগে হায়বশু চংলগুমশি হায়। লুরাংলৈ নংশিদি ভাব ওস্থোক্লা তাখিত্রেদকো। মাগী মনাক্তা চংপা হায়রিবশি কান্নবা থবক্কীনিনে।"

লুবাংলৈহ্ন থুমদে; অঙোৌবীনা হায়রিবহু থঙলবশু মানা চং-নিংদবগী, অঙোৌবীবুশু চংহন্নিংদবগী মরমহু থোৌনা ফনা হায়দোকপা ঙমদবশিনা থুদিংমক মাগী অশোনবা ওইরে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়—"মাগীহুবো ইনম্মা। তরানিমুক লৈরগা চংপদি য়ারোইদবজাংলা? —করম্মা য়াদোইনো?

—নোংমা নিনিশিদা উনশি হায়বনি অথুবা থবক্কীনি।"

অহল ওইবগী বারক ৱাতেম্বগী মওংদা অঙোৌবীনা খোল কনতক্লা হায়রকপশিদা লুবাংলৈনা তপ্পা হায় —

"মহুগী অহলহুশু মীগী ভাপ্পা মেপ্পা থঙমন্দ্রবা হায়হুনি। ঐ কৈথেল কাবা য়াত্রহুনা ইনম্মা ওইনা কারকএ। মানা হায়নিংবহু কোক হায়রকউদনা। ঐখোয়শু ইশাগী থবক হুন্দোক্লগা মাদোৌনা লুংতিগী কৈথেল কাও হায়রিত্রা থঙদেনে?"

লুবাংলৈনা মাবু কৈথেল কাক্লদনবা হায়রিবহুগী মরমহু অঙোৌবীনা হৌজিক্তা থঙলকই; নোক্লগা হায়—

"কান্নবা থবক্কী মতম মাংববু থবক শিংপা কৌব্রনে? ঐ হুয়েং চংলুগে। করিগুম্বা য়ানব্নবদি লং লৈরক্নবা পৈশা থরদি পীয়ু; নং তাচৌনা পীরক্কবনিনা ঐংগোন্দদি পৈশা অমত্তা লৈতে।" অশি ফাওবদা লুরাংলৈত্থু য়াবা ওমদে কমদৌরগা অঙৌবীবু খামগনি হায়বশিদা মপুক্লিংথু লুপশিল্লি। থল্লুরগা শঙ্গোইদা লৈরিবা মাগী ফিশাকোন্দা হাইফেৎ য়েংলুরগা অঙৌবীদা ওনশিল্লিঃ বা অমা হায়গে তৌবদা য়ারক্লোই মতাম ইকাইবোই, কিবোই তৌত্থনা মমাযত্থু নোম্থরে। অঙৌবীদি ঙশাইদগী লুরাংলৈবু য়েংলিবনি; লুরাংলৈনা হায়নিংলিবথু খঙলত্থনা হংই —

"নংনা পামলিবশিবু হৌজিক শারিবা ফিশি শাবা লোয়রগা মশি য়োনবা চংপদা ঙাংনরকপথুরনে?

—হোয় ইনম্মা।" য়াম্মা তোনবগী মওংদা খুম্মী। অঙৌবীনা মথা তাই —"ফিশিবু লোয়নবা শাবদা তরানিমুক চংখিদ্রনে? —অশিবুদি চংলরোই; অতোপ্পা ফি অমগু শাদৌ লৈরি, মত্থুগা পুন্না য়োনবা চংপদা ঙাংনরশিরা ইনম্মা?"

অঙৌবীত্থু করিমত্তা খুমদে, কবিগুম্বা অমদি খনখি।



মবানিনা পুখম অমদা পুন্না চাক চানিন্নবগু পুখমদা য়াওরিবা চাক্কুদি মচি ইরেং লেংদে। মালুদি অঙাংনি, অহল মানা চাবগী শকক্কুগা মান্নবদি য়াদে। অশিগী মথক্তা মতম ফরক্তা অচা অথকগু চায়, চরা বাল্লি, অত্থুনা চাক চানিংদবনি।

লুব্রাংলৈদি হন্দক মরক চাক ইচা চানিংদে । ঙশিগু চানিংদবনি, য়াম্না চারোই হায়বগু খঙই; অতুবু হায়গুম্না পুখমদা চাক থিদবা য়াদে। খজিক্কং হেক থিক্রবদা মালুনা হংগনি—"চেং লৈতহুনা চাক খজিক্কং থোংবরা ইমা ?" মশিগু তাবদা হেক মন্নুংঙাইতে । মানা চাক চানিংলকত্রিবশি নহাল নোংমা কৈথেল কুম্নকপা মুমীৎতুদগীনি । মুমিৎতুগী থম্মোই শোন্নবা থৌদোক্ক মাগী থম্মোইদা য়েক্লি; মতুগী মৈচাক্কু ঙশিগু মঙোন্দা ফাওরিবনি । মৈচাকুনা মৈরি ওনবা মীৎকুপ্তা মায়তেনবু হেক্তা বারোরকই। মতমতুদা মায়তেন্না লম্বীতুদগী নাথৈরম্নবদি ঙশি মঙোন্দা ফাওরিবা মৈচাকশি ফাওরমদবা য়াই । মৈচাকশি নোংদম্বনা তম্বীরম্বা লাইবক্কু ওইবনম্ন মায়তেন্না মাগী খোঙবুতুদগী লাপথোক্লম্নবা চহি মতাংশিদা থেংনরিবা অরা মৈচাকী নোংলৈ মুংশিৎশি মায়যোক্লমদবগু কনানা খঙবা ?

অপীকপা চাকশংগী পীকতকপা চাখুম্মাং ওইরবগু মবানিতা চাবনি। মীবুদি চাকশ না ঙম্বা ফিভম থোকপনা করিমত্না ইনিল লৈতে। মীৎকুপতুদা ঙশাই শেন্দ্রাং ৬.৭ রোম্না ফৌরাদগী ফৌ চাখিবতু নীংশিংলকই । ঙশি মবানিতা তরক তরক্কনি হায়বশি চাউঙৌগু খঙলিবনি; অতু ওইরবগু লুবাংলৈনা য়ুমশিদা লৈরবা মতুং থা অহুম্মুক শুরকপগী অতুদা চাকখুম তোঙালহনথিবনি । থা অহুম্মুক চাকখুম পুনবতুদা অঙৌবীগা মাগা, নত্রগা অঙাং মশেল নত্রগগু অঙাংগা অহলগা চাবগী, চাক থোংবগী, ফিজেৎকী, পৈশাগী, থবক শুবগী নত্রগা মরম

অমগীদমক্তা থংনা চৈনবদি লাইরদনা নোংমতত্তু মরৈ য়েৎনদে, শাউনদে, তুকা থিনদে । চাকখুম তোঙানবদুগী মরম্তু চাউডৌনা অক্তম্ফদি হায—

"মুপীমচাগী পুনশিদা অনৌবা লাইবক থীবা, মুংঙাইত্তবা থোৌদোক বাথোক থোক্তনবা, পুনশি লানফমদা থোৌনা ফবী ল্যাম্মী ওইনবনি মশিনা মালুগী পুনশিবুত্তু অঙানবা মায়কৈদা লমজিংগনি ।" লুরাংলৈ ভাব তাখিদে, থঙনবত্তু হংদে । খুন্দগী মী ফনা য়াম্বনদি কাংবু অনি থোক্তা খাইদোক্লগা, মতম ফনা কুইবা ফাওবা মশাগী মথৌগুম, ত্রৌদবা যাদবা থবকুন বাফমশি ঙাংনখি । খুনাইশিগী হৌনবা, চাউডৌগী থোৌদোশিবু চুমদে হায়বা মীওইনা খবা য়ামখি, ঙাংনবত্তু মখা চোম্থখি । মথোয়গী মীৎয়েংদা থমলিবা বাফেলদি—

"মচল, মমৌ যোক্লি দবা, ইশম শম্না মীম্তুংশি লৈংত্রবা, লুরা লৈখোযগী অরা অনংগা হকথেংননিংদবনি ।" হায়বশিনি । মীশিং য়ামদনা কাংবুগী বাথলদি—

"নকশিন্নরগা হেক্লবা, লাপ্নরগা, চাউক্তিন তিন্নবগনা মরূপ ওক্তবা মীওইবনি । চাউডৌগী বাথলশি মচল মমৌবু পুনশি লম্বীদা থোৌনা লৈনবগী পাঙ্গন হাপ্পা থোৌশিলনি ।" মতমদুদা অডৌবীদি খোইদৌ থিৎপমথৈ শাউনিংখি, চাউডৌদা হায়—
"মোই তাচৌনা হন্দক তোন্নিবশি শুংয়া য়ানিংদে, পুম্না শুম লৈমিন্নরগা লোইরে । মমা মচাথক্তা ঙাইবশিদা তোঙাল পীজরিবশি ঐ য়াম্না পেন্দে । হয়েং তুংদা শোইদনা মুংশিনবা

ৱাংলকনি, তুংগী খল্লগা তৌবিনু হায়জরিবশিনি ।"

চাউভৌহু য়েৎপা তৌদনা তুমিন্না তারগা হায়রকই—

"নংগী ৱাহু লাল্লিগু হায়রোই চুমীগু হায়রোই; অহুবু ঐনা মমা মচাবু তোঙান পীজরিবশিগী কায়বহু হুরেং তুংদা খঙলক্লনি হায়বশিদং থাজবা ঙম্মবা হোৎনৌ।" অঙৌবীহু মথা তাদ্রে । হৌজিক্কী মাগ্ল উরে, চাউঙৌনা মচাশিংগী কি লৈবদা মালুগীগু চিৎথদে । নোং ফাদোক ঙা লৈরকপদা মমা মচাগী শরুক চিৎথদে । মালুগী লাইরিক তম্বগী শেনফম্ম চাউঙৌগী শরুকনি; মশানা থঙনা পী । মানা তলব ফংবা খুদিংগীগু পীবী । লুৱাংলৈনা তাঞ্জবা পৈশানা তুংশিপ্পবা, ইমুংগী খন্নচনা চাউঙৌনা পুথোকই হায়বা ফাওবা য়ারকই । খুদিংমক চাউঙৌনা তেম্বাংই, শুপ্পগী মায়তেনতনি ৱাংলিবা ।

অনা অয়েক্লা মরী মতাবু নীংশিংনবগী মতমহু পুরকই; অন্না ইরৈনা মরুপ মপীক্লাবু থিনিংবগী মতাংহু ওইহল্লকই । নীংবা কায়বগী ৱাখল পোৎলুম্না কোকথক্লা নল্লবা মীওইপোক্লা হোৎত্রবা থোদোকী ইরৈদা ইরারুজবা ঙশি ঙরাংতগী ওইবা মীওইপোক্কী, নোংদম্বা মানা তম্বীরম্বা খুদোল নত্তে । ঙশি হিংচাবগী মশক লৌরিবা লুৱাংলৈদা হৈনখিত্রবা ইচিক চিকপা মঙংগী চাবশি মতম অমা, মানা মায়তেনগী য়ুমদা লৈরিঙৈ, মালুনা চহি অমমুক হেল্লকপা নোংমা মনেম মকু, মচন মনাও ময়াম পুম্না চাক চামিন্নখিবদা মহাক্লা য়াম্না কলকচখিবনি ।



নোংমাইজিংগুম্বগী, গুভিগুম্বগী অয়ুক নত্তবা অতৈ অয়ুকশিং-দদি অণ্ডয়া চাক চাবদা লাংদে; সুংমিদাংগী চাবদি মীকম অচা অমা কম্বগুম্না বা ঙাংনৈ। ইকোই কোইনা ফমলগা চাবনিনা অমনা অমবু ইউদা উনৈ। মী অমগী খদাংদা চাক পক্লবদি অমনা লক্লবকনি—"কোই অঙৌবা অমা খদাংদা চোমলে।" অমনা অমুক হায়—"কোই অঙৌবা নত্তে, শমক্র অঙৌবনি।" অতোপ্পা অমনা মখা তারকনি—"খদাংদা লৈ চিনবা ঙম্বদি মথন্তনি।" অমনা অমুক মীনুংশি উৎপগুম্না হায় —"মখা তাবিক্লরমুদা, হোরেল চাক লাম্নগা চানবা খাকচরিবনি।" অঙাওবা শেম্বগী বাহৈশিংশি তারগা ময়ামতু নোকই। মী অমনা চখোম খজিক্কং চাউরবদি অতোপ্পা অমনা হায়—
"নংগী চখোমতুদি কোরতাল মচাগী মমায়গা মান্নরেহৈ।" অমনা —"ঐদি মাগী চখোমশি কোবী লৈ মচাতুম মাল্লি।" অতোপ্পা অমনা —"মাগী চখোমশি ঐগীকা ওইরবদি চখোম তরেৎতা পুক থম্লি।" অমনা হোৌদোরকপা বাতু অতোপ্পশিংতুনা মতেং পাংলক্তুনা হেক্রা চাউথোরকই। মতুদা য়াওত্রিবশি লুরাংলৈতনি। মানা তুগিন্না লৈবতুদা অরাংবতু হৈনরয়োই খনবদগী মায়তেনগী মপানা হায়রকপা যাওই—"অঙাংশা চাক চারিঙৈদা পংলাং লাংগুমশি।"
অমনা খুদক্তা খুম্নকই—
"হন্দক্তী চাক তোকত্রিফাওবা বা অমত্রা ঙাংনদবীনি।" অমনা —"ইহান হান্না ঙাংবা মীতু মওগী নিংথৌ, ইকোন কোম্না ঙাংবতুনা তাইবংগী নিংথৌ ওইনবীনি।" অতোপ্পা অমনা

—"য়ারে, হৌরশি, শি শ্বা।" অমনা— "ইংলিশতা হৌশি রেদি রান, টু, থি ..।" অমনা অমুক য়ানিংদনা হায় —"ঐনা অহুলনি ঐ হায়গে, রেদি রান, টু থি ..।" য়াই, য়াদে হায়বগী মরৈ য়েৎনরকপঙুনা হেম্নত্নম লাংই। অরাংবতু থাম্নগা অমনা হায়—"ঐখোয় পুম্না অমুক্তা হায়রশি।" য়ানরতুনা পুম্না হায়। মিনিট অনি অহুমমুক তুমিন্না চাক চানৈ। হায়নিংবা কয়াতু খুৎনা ইঙ্গিৎ তৌই; থঙজ্রগনা মশা চৎলগা থবক্তু তৌই। তৌরিবা মওংতু উরগা নোকনিংবা মীনা চীন খুমতুনা নোকপা থাংই। ঙমদ্রগনা মচীন খুম্নগা মনিংথোংদা থোকই। শোয়বদগী ওইবা তাই, মায়তেন্দু চাক শাইবা লেপ্লগা থংহাই হায়রকই —"উম: তীলহৌ অহিংবা শাইজিল্লে।" মথা তারমদনা মনিংথোংদা থোকপ্লে। চংলক্লগা হায়—"হৌজিক ঐনা ঙাংখিবতু ঐনা ঙাংগে ঙাংবা নত্তবনিনা ঐনা ঙাংবা কৌদে।" ময়ামতু মঙোন্দা য়ানিংদবগী মীৎয়েংনা য়েংনরকই। মায়তেম্না মথা তারকই— "য়েনশাংদা তীহ্লৌ অহিংবা থাকপা চাকথোং-বতুনা ঙাংহনবনি, মানা ঙাংবা ওইক্নম থোকই; মানা ইহান হান্না রা ঙাংবা, ঐনা মথং ঙাংবা।" চাকথোংবতু য়ানিংদ্রতুনা মরৈ তৌরকই। মবানিগী মরৈদা অতৈতুগু য়াওশিল্লকপদগী রা ঙাংলে। ঙাংদ্রিবশি লুরাংলৈ মথন্তা ঙাইয়ে। ময়ামতুনা মাবু ঙাংহন্নবা হোৎনরবগু ঙাংদ্রি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা মায়তেম্না ফিংলপ্না হায়রকই—

—"মনম্মগী নঙন্দা উফক অমা নপলে।

—হা! কদোমদা ।" অফিং অফাই ওইনা ফুক হৌগৎলগা মঙক পৈত্থনা য়েংই। মানা বা ভাংবশিদা মায়তেন য়াওনা ময়ামত্থু নোকই। মায় ভাংলপ তৌনা লুরাংলৈন। মায়তেন্দা য়েংলকই ।



মানা কলকচরিবা, ওশিদি হারী ওইরবা অঙুবংগী থৌদোক-শিংত্থু মালুদি য়াওদ্রে থল্লুবদা পুক্লিং শুংশিনা মালুদা য়েংলকই। মালুদি পুথম মনাক্তা কয়মদ্রে, কুপ্পা মনাক্তা কয়ম্মী। লুরাংলৈনা হংই। —"নবুক থল্লব্রা নংবো ?
—থল্লে।" লুরাংলৈগী চীনবান মথক ওইরম্বা পকলিবা চাক মরুত্থু উবদা মখাগু তারকই—
"ঈমাগী চীনবান মথক্তা চাক পকএ লৌথোকও।" থুং ওইনানা মারগা চাক্কু লৌথোকই; খল্লি মালুগু মায়তেনগী মতৌ তম্লব্রা? মতমশিদা চানবীনা চংলক্লুনা হাযরে—
"ইনে চাক য়ামব্রা হায়রে ইমানা ?
—য়াম্মী, নখোয়গী চাক ওকত্রবরা ?
—ঐখোয়গীদি ওকএ; হুইনাওবীগী চাক লেমদ্রে অঙুবীনি।
—য়ানি, হুইনাওবীগী চাক্কু থাবিরগে।" মানা চানিংদবগা নপা চাম্নরে। তৌবগীবুদি হুইনাওবীশি চাকথুম অনিগী চাক চায়। অয়ুকীনা থরা থেংলবা, সুমিদাংগীনা মম্লবা অঙৌবী, খোয়গী চাকশংগী মনিংথোংদা ভাইহাক কুন্দুনা মাগী চাক

থারকপ্রা ঙাইগনিঃ থারকত্রগনা লুরাংলৈখোয়গী চাকশংগী মনিংথোংদা অমুক কুনগনি, মমীংনা চাকখুমদা য়েংহুনা লৈগনি অশুম্না অমগীদা হান্না চারগা অমগীদা অমুক চাগনি। লুরাংলৈনা চাক অরেম্বত্থ হুইনাওবীনা ওক্কদবদগী থরা হেল্লপ্না ঙা মকোক মরু, য়েনশাং মহীনচিংবা তোংলি। চানবীনা তোংলিবত্থুদা য়েংলগা হংই—

"ইনে, চাক্তুদি হুইনাওবীনা লোইনা চাবা ঙমগত্রা ?

—ঙমনি; মাশু শারেপ ফারবনিনা চাক য়াম্না চাবনি।

—ঐখোয়না থাবা চাক্তী অত্থুম্না অমুক্তা য়ামদে।

—ঐখোয়শু নহাল মথৈদি য়াম্না থাদেদা; ঙশিদবু নখোয়না থাররোই হায়বত্থুদা য়াম্না থাবনি।" হায়রগা চাক থারুনবা মনিংথোংদা থোকই। অমুক চংলকপদা মালুগা চানবীগত্থু ফুঙ্গা মপান্দা অত্থুমমক ফম্লম্মী। লুরাংলৈনা হায়—

"নবানিবু লাইরিক ঙাইহাক্তংদি ঔরাইয়ুদা; ঙাইহাক লৈরদি তুম্লিংলক্লনি।" অত্থুগা মবানিনা চাবগী কোলশিংত্থু লোইশিল্লি। মালুনা হৌগৎলগা চানবীদা হংই—

"নং করম্বা লাইরিক পাদোইনো ?" চানবীনা শেকেন্দ তরামুক থল্লগা খুম্মী— "শোশিয়েল ষ্টদিজগা মীতৈলোনগা পানি। —অত্থুদি ঐনা শাইনশ পারগা ত্রোইং য়েক্লগে।" মবানি পুন্না লাইরিক পারবদি মান্নদবা লাইরিকশিং পানৈ। ঙাংনরিবত্থু তারগা লুরাংলৈনা হায় — "ঙশিদি ইমুংদা ওইনা লাইরিক পারো, ঐ ফি শাররোই।" মমাংগী মুম্মিদাংশিংদা লুরাংলৈনা ফি শারবদি

মাগী মনাক্তা শবানিনা লাইরিক ঔরাই। মালুনা হংই—
"ফি শাবা লোইরব্রা ইমা ?
—লোইদে, লোইদৌরে; ঙশি হুমিং ফত্তে, ফি ককপা য়াদবনিনা ঙশি লোইনবা শাররোই।" মানা হায়রিবশি চুম্নবগু মপাম্মোংগী ওইবা মরমনি। মম্নুংগী ওইবা মরমদি, নোংমা কৈথেল কুম্নকপদা থোকখিবা থৌদোক্তুনি। থৌদোক্তুনা মাবু কৈথেল কানিংহন্দবনি। ফিদি শাবা লোইরকই, য়োনবা চৎপদি ঙমদ্রে, মশিনা থরায় হুংঙাইহন্দে। ফি শাবশি হৌরকপদদি অয়ুক হুংথিল হুমিদাং লেপ্তনা শাই, লোইরমদাইদা তম্নরক্তুনা শাবোই শাদবোই তৌরকই। খঙনবা মীদা ফিশিংতু য়োলহনবদগু মাগী তুকা থিদবা মৎংহুদা শেল লৌথোকই। হুংঙাইতক্তুনা অঙৌবীনা য়োনবীরুবগু য়াওই; মশিমকগু তোয়হন্নিংদে। মতাংশিদনি লুবাংলৈনা মায়তেনবু নীংশিংলক্লিবশি। ঙশি মায়তেম্না মনাক্তা লৈরম্লবা খুদিংমকশি করিগী থোকলুগদগে? মালুগা চানবীগতু লাইরিক ঔরাইনবা চৎলরে। লুবাংলৈগু কোল, থাওমৈ পুরগা মনিংথেংদা কোন ফেংবা থোকপ্রে। মাদি ফুঙ্গা মনাক্তা কোল ফেংদে। হুমিদাং কোল ফেংনবা মনিংথোং ময়াদা মফম অমা শেম্মী। কোল ফেংবা লোইরবা মতুং, চাকথুম লোইশিলম্লগা ফমাংদা ফক থারগা লাইরিক ঔরাইরিবী মালুগী মনাক্তা চংলক্লে। মালুদি খুরু খুদক কুম্লগা শক্তম অমা পুক্লিং চংনা য়েক্লি। লুবাংলৈনা মনাক্তা ফম্নরবদা অয়েকপতু উৎলগা মালুনা হায়—
"ইমা, ফজরব্রা য়েংউনে ?

—নংমা য়েক্লিবশিবু করিনো ?" বয়ত্থু খয়া চিংশিল্লগা য়েংই।
মালুনা খুম্মী —"অপীকপা ইমুংনি।"

লুবাংলৈ মশাত্থু চিং লাওনা লৌশিং মাংবগুম মীৎকুপ অনি অত্থমমুক্তী তৌই। বা ভাংবা ভমদে। লুবাংলৈনা বা ভাংলকত্রিবশি খঙদবদগীনি হায়বশিদা পুরত্থনা মালুনা হায়রকই—
"ইমা, অপীকপা ইমুং হায়বদিনে মমা মপা অমগী মচা অমা নত্রগা অনি, য়াম্নবদা অত্থমদং লৈবা; অত্থগু মচাম্নপা ভাক্তা ওইরবগু চুপী ভাক্তা ওইরবগু লৈবা ইমুংত্থবুনি। য়েংউ হায়বা ইমা।" অয়েকপত্থদা পেনশিলনা থিল্লগা মখা তায়রকই—

"শিনা পাপানি, মরক্তীশিনা ঐনি অত্থগা মশিনা ইমানি।"
মশিদা লুবাংলৈনা খুমগদবা পাওখুমশিবু করিনো ? অপীকপা ইমুং য়েক্লকউ হায়রিবা ওজাত্থনা লানগদৌরিত্রা নত্রগা নোংদম থীবী মানা লানগদৌরিত্রা ? অহল ওইবগী হৌনবা, অভাংবু হরাওনবা অগুম্না হায়—

"নংনা য়েক্লিবা অভাংশিদি মশকপু য়াম্না মুংশিরিনে; মরমকাগু য়াম্না ওক্লমগনি।" হাম্নগা মাম্নদবা লুবাংলৈগী খোঞ্জেলত্থ তাবদা, মালুত্থ হনগৎনা য়েংলকই। লুবাংলৈগু ইল্লিবা ফিনা মায়, চীন খুমত্থনা খঙখিদনবদি হোৎনবনি; য়াত্রমাল্লে হৌগৎল্রে। চুম্না থবক তৌদনা হৌগৎলবদি মালুনা ওম্না লৈনমা থর্মখিনি নীংত্থনা চাকশংদগী থাওমৈ লৌরুরগা, মমাংথোংগী মনাক, অরাংথংবা কল্লাং মনাক্তা থারিবা উপু মচাত্থগী মনাক্তা লৈতামা কম্মী।

মথোং মরম খঙদনা থিনিংঙাই পোৎ য়াওদনা উপু মঙ্গুংদা থিরুবদা মায়তেনগী ফ্রেম চনবা ফোটোত্থু হেক থেংনরুরে। ফোটো ফ্রেমদু অঙৌবী, চাউঙৌনা ফক্লাংদা থেংনবা হায়বনি। লুবাংলৈনদি থেংলু য়াখিদে। ফোটোত্থু লৌথোক্লগা মুন্না য়েংই। থম্মোই নৌবী। ওইনজগনবী ইচম চমজরবী হুপীনা করিগুম্বদা। মপুরোইবত্থুনা মাবু ফাগীগী রাহৈনা অচুম্বা শাত্থুনা থম্মোই শোকহনবিরবা মতুংদা ফাগীনি খঙলকপা মীকুপ্তা হরাওবোই শাউবোই তৌরগা খুত্থুম অনিনা মপুরোইবগী থবাক্তা দক দক গুবগুম লুবাংলৈগু ফোটোত্থুদা গুরকই। মাগী থম্মোই মৈচাক্তু থরদং কোক্লবা তৌকনদা খুত্থুম অনিত্থুদি অকায়বা মিংশেল মচেৎশিংত্থুনা শোকহল্লে ঈ থোক্লে। মত্থুদত মাগী ফোংনা পী তাবা ওমজনবগী তাপ্পাত্থু ফংলে। মালুনা চংশিল্লক্লগা লুবাংলৈগী অশোকপত্থু পুনশিনবদা তেম্বাংলৈ। মচা অঙাংশিনা মমাগীদমক কয়াদা বাজনা হোৎনজরিবা। লুবাংলৈগী থম্মোইনা শোল্লি —"থরায় য়াওদ্রবা ফোটো নংনদি ঐগী থম্মোই মৈচাকশি খঙবিদ্রে। নঙোন্দা মাগী থরায় য়াওরম্ববদি ঐবু থেম্বীরমগদবনি।" মানা রা ঙাংবগুম তৌখিবত্থুদা মালুনা হনগৎনা য়েংলকই; লাইবক ফবা হায়বত্থুনিঃ মালুনা। করিগী ফোটোদা খুত্থুম্না গুক্লরিবনো অমদি হৌজিক রা ঙাংখিব্রা হায়না হংলক্তে। অগুম্বদি হংই— "খুৎ অনিমক শোক্লবনিনা ইমাদি কমাইনা চাক চানি ? —য়াম্না শোকপা নত্তবনিনা হয়েং অত্থুম ফজরম্নল্লিদা।" মথা তারক্তনবগু হায়— "নংগী লাই য়েকপত্থু হয়েং ওইনা

লোইশিল্লো; মুমিদাংদা লাই কুইনা য়েকপশি মীৎ শোক্কদবা মাল্লি। ঐগু তুমনিংএ, তুমলুরশি লাকও।" মমা মচা অনিমক তুম্নবা ক্ষমুং কাখৎনরে। মালুদি থম্মোইদা অরা পোৎলুম পুদবগী য়োনবা তুম্নবা মীৎ উইশিল্লে। লুবাংলৈদি তুমনিংবগী ইনোদ লাকত্রি; য়োগ্রবা থোদোক কয়াগী ইথক ইপোমলক্তা নীংশিংবা মুংশিংকী শাফুনা য়ৈরকপদগী মাগী থম্মোইদু ইরৈদা তাউবা কাউশিং ওইরক্লে।



লুবাংলৈনা কৈথেল কানিংলক্তবদু চয়োল অহুম্মুকী মমাং, কৈথেলদগী হল্লকপা মুমিদাংবাইরম অতুদগী য়োরে। ক্ষরক ওইবনরা বশ পার্কিংদগী মথন্তা ময়ুম পাংলকই। মথন্ত ওইবগী মুংনাংনীংঙাইদি লৈতে। তপ্তক্লা চৎলি। ময়ুম য়োরমদাইগী লমহাং মতেক্তু য়োরকপদনি তুংদা মী লাকপগী শহুম তারকপদু; ঙশাই মথৈ মথন্ত লাকপদা মাগী অবাংপা, খুদোংথীবনচীংবা লৈতে; মরমশিনা মী লাকপগী শহুম তারবগু হন্না য়েংদে। হান্না চৎপা থোঙথাংগী চাংদা অতুম চৎলি। তুংদা লাক্লিবা মহাক্তুনদি লুবাংলৈনা তুং ওম্ভোরকপা, মঙোন্দা কৌরকপা, খুৎ য়েৎ-ওই অনিনা পায়রিবা খাও অনিদুগী মম্লংদগী অমতং ওইরগু মাবু পুবিনবা হায়রকপদু পাম্লম্বা য়াই। লুবাংলৈনদি লাকলিবা মহাক্তী বাখলদু চাউরাক্লা থঙই, লুবাংলৈগী বাখলদি তুংদা লাক্লিবা মহাক্তুনদি খঙলয়োই। থোঙকাপ তরামুক থাংলবা ফাওবদা লুবাংলৈনা মায় লৈথোরকত্রে। তুংদগীচুনা হংলকই —"নংগীদুবো

করি পোৎনো৹ ওস্থোজ্ঞা লুম্না পুরেদা ?" মাগী থোজেলহু অপোক-
পা মমা মপানা ফাওবা তানিংদবগী থোৱৈ থোক্দা অংগা
লোয়নৈ । তঙাই ফদনা লুবাংলৈহু তপ্পা তুং ওস্থোরকই ।
অঙ্গোজাওহু মঙোম্দা নোক্লুনা য়েংলম্মী । মানা নোক্লিবা
মায়হু মশক ফজবা কনাগুম্বগী শুগৎপা নত্রগা শাউবগী মায়না
হেন্নহুম ফজন্নমগনি । নোবপা হৈজত্রবা মায়হুবু নমথুদা নোক্লবা
হোৎনবহুগী অশোয়বা ওইবা তাই । লুবাংলৈনা ইতপ তপ্পা খুম্মী
—"লংনি৹ থোইনা লুম্বা নত্তে ।" বাহৈ খরশি লোইনবা ভাংবহু
মঙোম্দা হাইফেৎ ৱাবগুম তৌই; অঙ্গোজাওদনা ইহায় হায়দবগুম্না
ইবাৎ বাৎলি । অঙ্গোজাওনা মথা তারকই —"নংগীশি পোৎচাউ
ওইনা তৌই৹ লুম্নমগনি ঐ অমা পুবীগে ।" হায়রগা লুবাংলৈগী
পাওখুম ভাইদনা লুবাংলৈশী থুং ওইনানা পুরিবা লং মপুন্দু পায় ।
ইওক ওক্না হঙ্গোয়রপ্পা৹ লুবাংলৈনা য়েংলকই৹ পাখৎনা হায
—"য়ানি লুমদে ঐ ওম পুজগে ।" মবামিমক পায়রিলহু থাদো-
রুদে । অঙ্গোজাওনা লং মযোমহু মশারোমদা থরা চিংশিল্লগা
হায় —"ঐনা নঙোম্দা হায়দথনা নংনা থওদবনি; ঐদি নংগী
অবাবহু থওবা কুইরে নতেংও ওশিদগী পাংলগদবনি ।"
মাপী ৱাশিদা৹ তিংখ য়াওই থঙহোদনা পায়রুবা পোৎতু তিংথং
য়ুহুনা থংথা থাদোরকপগুম লুবাংলৈনা লং মযোমহু থাদোরকই;
অঙ্গোজাওনা লোগে থন্নবও লোজত্রশহু ফাওবা থলম্বা য়াই ।
লুবাংলৈগী হৈমদপী মতাং থোকলে । লম্বীহু মথামিত চংপমি৹
লুবাংলৈনা লম্বীগী য়েংথংবা নাকন্দা৹ অঙ্গোজাওনা ওইথংবা

নাকিন্না চৎলি। অঙ্গোজাওন্না ওাংলক্কদবচুগী থমবদা লুহাংলৈ তঙ্খৎকই। মশিংগী মমাংদা পাওখাং কয়ারক অঙ্গোজাওনা থারকাগ্রে। মচুগী পাওমীন্না লুহাংলৈগা ফিশাবগী লম্বীদা থরা লোনজিন্নবী লৈশাবী মচাশিংনা ওই। মথোয়চুও মশানা য়ানিংনা য়াখিবদি নত্তে; কি তুক্কচবদগী অঙ্গোজাওগী য়াচু হিক্তোকখিদবনি। ময়ামচুদগী খজিক্তং থবায় য়াওশিনবী লৈশাবী মচা অমদি লুহাংলৈদা য়াকমশিংগীদমক, ইকাইবা নাইদবা মীওন্না অচুম্বক পাওদমখি। অতৈশিংদুদি ফিগী মরম হংবা শারগা অমুক অমুক্তং লাকই; মথোয়না য়াকমচু হৌদোং-রবপদা লুহাংলৈনা শাউবা তৌদনা হায়—"ঐদি ইবুংগী য়ুমশিদা মালুনা চাউবা ওাইবগে মশিদা লৈকায়গী য়াম্না মাংলত্র? নথোয় পুংমকী মাংনবা মথমচু ঐনা ওইরব্রা?" য়াশি তাবদগী লৈশাবী মচাশিংচু মমায ওাংনা হুন্নখি; মচুংদা ফিগী অরাং-অপা ফাওবা লুহাংলৈদা হংবা ওমত্রে। লৈশাবী মচাচুমদি লুবাংলৈগী য়াশিদা ময় ওা দে; থরা লৈরগা অমুকও ফোংদোক্লে। লুহাংলৈনা কবিমত্তা খুমত্রবদা নুমিৎচুমদি তুমিন্না হরাওরপা হনখি। নুমিৎ নিনিগী তুংদা অমুক লাক্লগা হায়রৈ—"ইচে, মীগীও থরা থনবীবুদা। তাঅঙ্গো-জাওশি ইচেবু য়াম্না পামজবনি; মশা পাথংনি, মানও ইচেবু লৈশাবী-ওম্না খল্লি হায়রিবনি। মালুশি মচনহুপীনি ফাওবা হায়রিপোৎনি।" য়াইহৈশিংশি হায়রিবৈদা লুহাংলৈনা য়াম্না মুন্না য়েংই। খব অচুমলোম হোল্লবা তুংদা, মচা-মনাও লমজিং লমতাকপওম লুহাংলৈনা হায—"লৈশাবী নংগী চহি মতাংশিদা অশিওম্না

থবক্তীদমক থল্লায় য়াওবছু ঐদি পামদে; হয়েং তুংদা নংগী ওইজবা মাংলকনি । করে ইচে বা অমা হুংগে। ঐশি নখোয়গী তাঅঙ্গো-জাওদা য়ুম পাল্লে; অহুদগী অতোপ্পা মুপাশিংগা তরারকশু য়ুম পাল্লে খল্লো। ঐগী ইচা মাল্লুশি মাগী মপা মায়তেন্দুগী মচা নত্তে। অতোপ্পশিংহুগী মচানি হায়বা য়াগত্রা। নশামকশি মালুনি খল্লগা পাওখুম্লকউ ?" লৈশাবী মচাহু খুমদে । লুবাংলৈনা মখা তারকই —"ইবেম্মা, নং শাউল্লু। ঐদি বা ভাংবশি হৈতবনি। ইরাইবক থীবশিদা নখোয় খ্বাইনা মুংশিত্নুনা হায়বীবশি ঐনদি পংবনিনা য়ানিংত্রেদে ।" লৈশাবী মচাহু করিমুংগীনো খল্লমগদবা মাল্লি তন্নুক্লা চৎখি, মতুংদগু লাকখিত্রে ।

অঙ্গোজাওহু করিগুম্বা খল্লা হায়প্রবনি; লুবাংলৈদি তাশিল্লু-ত্রবনিনা কল্লিমত্তা খুমত্রে । লম্বী ময়ায় ফাওবা চংশিল্লক্লগা অঙ্গোজাওনা হায় —"ইশামকনা নঙোন্দা হাম্না হেক্কা হায়রবদি নংনা মুংভাইররোই হায়ত্নুনা অভাংশিংবু হায়হনবনি; অহুগদি নংনা অভাংশিংহু ইকাইহল্লে । মহু ত্রৈনা খনবদি নং-ঐগী মরীশি মী খভহল্লিংদবনা তৌবনি। চুমত্রনে ?" লেপ্তনা ভাংলকই, লুবাংলৈদগু হরাওজনা য়েংলি । পাওখুম ফংত্রবশু অঙ্গোজাওনা মখা তাই —"য়াম্না ভাংনবগী কাম্নদে; মুমিৎ অমা লেপ্লগা কৈন্যা কৎলশি; মুমিৎতুদি নংনা পাম্বা অমদা হেক্কা য়াই ।" লুবাংলৈনা খুমত্রবদা অমুক হায় —"ইখুম খুমত্রিবদি করিগীনো। ঐনা হায়বমখৈ য়ারে হায়রিত্রা ? মাতনা ভাংবা লুবাংলৈনদি বা ফেল্লক্তবশিদা বাকম অমা খল্লক্নুনা অঙ্গোজাওনা, তুংলোমদা

খুৎ শিল্লগা হায়—"তুংদা ময়োম মচা অমা তাহৌরিবশি নংগী খাওডুদগী নত্রা?" লুবাংলৈ ফিংগত্তে• তুংলোমদগু য়েংদে মানা পুবিবা খাওডুদগু য়েংদে; মহাক পোৎ তাবগী মখোল তাখিদে। মানা চৎলিবা চাংদা অদুম চংলি। মাগী বাহৈনা লুবাংলৈবু বা ভাংহনবা ভমগ্রে; অশিমক্তদা হংনিংলি। লুবাংলৈনা খুম্নকত্রবগু মাগী বাবু তারবদি নু ভাইজরমাল্লে; হায়রকই—"নংনা খল্লিবশিবু ঐশি নংনা চাহি মতাং চান্নদে অশিন্নো; নত্রগা ঐশি ওক্তে ভাও-শিন্নে হাযবিবে? মতুংগীদি তুংভাইতবা তৌরুল্লু; নংনা মৌ হল্লকপী• চাজেনবী লুখ্রাবী• ঐনা পাংখং• অমবোমদদি ইবানিশি খেন্নথ্রবক্তাৎ-নি।" চাউংথোকচবগী মমি অমা মাযথোংদা তারি, মখাগু তারকই —"নংনা খুমদবগী মবমদু ঐ থিরোই। ঐগীদি হায়রিশিনি• ইবানি শোযদনা লৈমিন্নগদবনি। ঐনা হায়রিবশি নংবু খুংশবা• মান্নবু শেমনিংবদগীনি। কনাগুম্বনদি নংগী তাচৌনা নগীদমক উনগদবা অউনপোৎশিংদু মীহৌবদগীনি হায়নরে• মতুংদি গু নং নত্তে।" হৌজক ফাওবদা অঙ্গোজাওগী বাভাংনা লুবাংলৈবু বা ভাংহনবা ভমগ্রি• ভাংলক্লনি হাযবগী থাজনিংভাইগু উদে। লুবা লৈখোয়গী কোম্নোং য়োগদবা খোঙকাপ যাঙ্খেমুক্তা ভাইরে। মাং তুং যেংলগা অঙ্গোজাওনা হংই —"ইবানিবু চেনবত্না ফত্রা• অহলশিংবু হাযনহনশিবা• নংনা পাম্বা অমা হাযরম্মু?" ইমুংগী মুপানা মাগী মুপীদা পাওতাক পীবগুম্না মখাগু তারকই —"হন্দক ঐনা হৌদোরল্লিবা বাফমশিংদি নংগীগু মালুগীগু লাইবক ফদৌরিজ্জাৎনি। নং জ্যান তাগদবনি; নংনা

খজিক্তং খঙ্গরবদি ঐনা নংবু কয়ামুক য়াম্না পামজবগে হায়বতু খঙজমগদবনি । অয়েস্বদা লাং ফাং খল্লুম্ন, ইবানিদি শোয়দনা নৈমিম্নরদৌনি; য়েংউদনা ঙশি ফাওবদা ঐ নত্তবা মুপা কনানা নংবু মুংশি পাম্মী হায়রবগেনে ?" লুরাংলৈতু চমম্নরক্লে, অ্যান ত াগদবা খজিক্তং খঙ্গদবশিবু কনা়না ? তাঙ্গাশিদা অঙ্গোজাওনা হায়রকই —"নংনা থোকপা থাবান মুংবানবতু য়েংলগা নো'মা নিনিশিদা মতমতু লেপ্লো । বা অমনা যাওং ইল্লবগু ঐদি য়াই ।" লং মপুন্দু পীবগা —"শে লংশি পুশিনগ্রো ।" হায় । লং মপুন্দু লৌশিন্দে, মায় নোম্বতুনা লেপ্পী অঙ্গোজাওনা লং লৌনবা অনিরক হায়বরগা পীরবগু লৌশিন্দে । য়াররোই খঙলতুনা লং মপুন্দু উফুল কয়া থাংদবা মফম অমদা থম্মী; অতুগা হায —"নংনদি লংশি লুমদে হায়, ঐদি খুদাংতুম হাইফেং চোকথে । নংনা অনিমক পুরমলবদি যাম্না বানি ।" রুমাল লৌথাক্লগা মমায়তু তৈথোকই । কুইনা নৈনীংত্রমাল্লে লুরাংলৈতু লং মপুন্দু য়াম্না তপ্পা, হৈনি দনা পায়থংলগা কোম্মোংদা চংলকই । অঙ্গোজাওনা হায়হৌই —"নংনা পাওতু পীরকত্রবদি ঐনা থোকপা তৌরগা নুমিং অমা লেপকনি, অতুগা নঙোন্দা হায়রক্কনি ।" কোক্তা মুংথ.না থোম্নগী চৈনাতু খাংবনা থো'ইনা করবা থম্মোইদা যুরবা অঙ্গোজাওগী রাক্লৈশিংতু তাররতুনা লুরাংলৈ যুমদা চ.লকই । অঙৌবীথোয়গী মাঙ্গোলদা পোৎশিংতু অঙৌবী অমদি অঙাংশি'দা পীরম্নগা ইমুংদা চংই । উপু মমুংদগী মায়াঙনগী ফোটো ফ্রেমতু লৌথো'ক্ল, মখুং

অনিনা পায়রগা কপভাং ভাংলকই —"নং লৈন লৈনা লমলানবা মুপানা ঐবু করেম্নরিবশি নংনা থোকহল্লিবা নত্রা ? মীনা অশুক লাকচনা তৌরিবশিবু নং করিমন্ত্রা ইকাইত্রো ?" ছাযরগা কোটো ফ্রেমদু নোম্মী। মাগী মুপানা মাগী বা থঙইনিত্রবা, থম্মোই শোকপগী পান্দোম লোম্নবা মতমদা য়ুমগী মুপীনা মপুরোইবদুগী লেংবান অনিদা মথুং অনিনা পায়রগা থোক থোক নোম্বদুগুম্মী। অশুম্না মিনিট খরা লৈরুরগা মপান থোরুবা মখোঙ নাম্না থোংজিন কাম্থোবলুরগা চপ লেপ্পী। অমুক হন্জিল্লগা কৈথেল চৎপদা শেৎলুবা ফিশিংদু হোংলগা মপান্দা থোরকই। নত্রবদি অঙৌবীনা, মানা কপলুবদু খঙথিবা য়াই।



মদুগী মতুং নিনি কোনবগী অয়ুক্তা লুবাংলৈনা খোঙকাপ কন্থরক্লা অরাং লৈকায়রোমদগী লাকই। ময়ায় লৈকায় হেন্দোরক-পগী অদুদা তুংলোমদগী অঙ্গোজাওনা শাইকল তপ্লপা থৌজিল্লকই। লম্বীদা মী অতৈশু চংলি; মখোয়শিংদুনা তাখিদনবা খোল নেম্না অঙ্গোজাওনা হংই —"কদায় চৎলুরিনো ?" তোংলিবা শাইকলদু ছাইফেৎ তানিংদবা মখোল অমা থোকই। মখোলদু থোক্লনবা ওইগনি অঙ্গোজাওদু শাইকলদগী কুমথরগা থোঙনা চংলি। মাগী শাইকলদু থেংনবা মীদগী খুদক্কী ওইনা রাইরকপা ওইরমগনি। মখোল থোকপা শাইকলনি ছায়বশি ছান্না থঙম্নবদি রাইরম্মোই।

লুরাংলৈনা খুমকত্রবদা খরা কম্না হংলকই —"নংবু কদায় চৎলুরিনো ? ঐনা হংলিশে নঙোন্দনে।" মশিদগু খুমদে। খুং ওইনানা পায়রিসা, যোংকী শুনা মপুন্দু অঙ্গোজাওনা উরম্নবদি হংলমদবা যাবনি। উবা উদবা হংনিংমন্দুনা হংলিত্রা মতুমদি খঙদে। মথা তানা হংলক্নবা ওইরমান্নে, খুং ওইনানা পায়রম্বা শুনাহু য়েংনা পায়রগা ইল্লিবা ফিগী মপান্দা হেন্দোকহল্লি। হায়গী রাহংতুদি হ্রদ্রে, তোঙানবা অমম্নক হংলকই— "নহাল ঐনা লেপ্লকউ হাযখিবা মুংতু কবি মুমিতা তাবে ?" অচৎ অওক থৈনরকপনা রা ভাংবদা ভাইহাকশু লেপ্পী। তদুনা রাহংশি অনিরক্নগী হেন্না হংজোদ্রে; লুরা লৈনশু খুমকখিগত্রা খনবদগী ভাইহাকশু ভাই। লুরাংলৈখোযগী কোম্বোং যোরে। খুমমদনা চংখিগদৌরে খঙ্গনা অঙ্গোজাওনা শাইকলতু কোম্বাংদা ফৈজিন্দুনা থম্নগা লেপ্পী। তৌফম খঙদনা হায—

"ঐনা হংলিবশিগী পাওখুম পীবমদনা নং চংখিবা য়াবোইকো।" কখুমমদনা, শাইকলনা থৎপা যৌদবা নাবল অদোমদা কোইথোক্নগা লুবংলৈতু চংগ্রে। অঙ্গোজাওনা হাযখৌবি— "নং, ঐনা হাযবিবশি থঙইদ্রেনে; অদুবুদি খংলোইদ্রদো।" অঙ্গোজাওতু মীৎ কুপ্তুনা, মীৎফম হেৎদনা যেংলি। মীওইবগী মীৎশিনা শাওবগা যেংবদা, হরাগাবীগী মমীৎকুম্না মৈ ভাল্লম্নবদি হৌজিক অঙ্গোজাওনা য়েংলিবা মীৎযেংশিদগী থোরকপা মৈতুনা লুবংলৈতু পুমতুম তুম্না চাল্লমগনি।



মুমিং তরেং নিপান্নিরোমদি ইংখোল য়াংমা লান্দনা ফি শারকই। অঙ্গোঙ্গাও থেংনভ্রে; থম্মোইদা লাংলম্বা মৈশাদু কোকল্লে। মাগী মঙংদুগী খল্লুরবদি য়ুমদা চংলকুনা বেরা বেরী ওইবা থোদোকশিং খোক্লমগদবা মানবনি। মাশু খঙলম্বা য়াই; চাউডৌগী ইমুংশু শাগৈ লৈরিবনি, লৈকায় পাল্লিবনি। অাঙ্গাঙ্গাওতনা মী নত্তে। ফি অশুম শারকপনা শাবা লোইরবা ফিশিংদু য়ায়কই, উপুদা নমশিন্দুনা থম্বগী কায়দে। লৈকায়গী মীনা লৈখিবা তরেং নিপানদুদি মশীং থাবা য়াদে। তঙাইফদনা কৈথেলদশু য়োল্লুবা তাই। শুকথেং থেংনদবা হায়বশিদা মাগী লাইনিং ওইরগা কৈথেলদা ফি য়োনবা কারে। চংখিবদদি চোঙ্গোম্না মমান্নবা অমগা লোয়ননা ফিশিংদু থিনবী। অশুম তৌবশিনা মঙোম্দা পাম্বৈ অনিদা কায়ে। ফি ময়োমদু বশতা থাংগৎলগা চোঙ্গোম্না হায়—"ইনে, ঐনা নহাল পর্দা শাশি হায়বদো মদুগী লংদু লৈরকেরা?
—নংনা পাম্বা মচুগী লংদু থেংনরবদি লৈরক্কে।" বশতু থোরে।

লুরাংলৈনা কৈথেলদগী হল্লকপদু নুংথিলগী পুং অনিমুক তাবদনি। থবক অতৈ লৈতেং ফিশিংদু ফিয়োনবীদা পীরম্বা, হান্নগী পৈশা লোরকপদনি। থেংনা কৈথেল কান্নবশু ঙম্বা হনবদা মতাই। বশতগী কুমথরগা হরাওরপ্পা হৈনিংনা ময়ুমদা লাক্কই। হান্না শাবা ফিখক্তা নত্তনা অতোপ্পা মথলগী ফিশিংশু শাবা তাবনা থরা থুনা য়ুম য়ৌনিংলকই। মাগী হান্নগী ফি য়োনবীবশিংদু নত্তবা অতৈ অমনশু মাগী ফি য়োনগে হায়রকই।

হান্না পৈশাবু শীবকপনি মানা লৌরক্কবনি। খঙহৌদনা মাগী য়েংখংবা খুনিংদা মার্বল মরু অমা পাল্লকই। য়াম্না কন্না কাপ্পকপদি মান্দ, মার্বল মরুদু মনাক্তা ভাদুনা লৈ। অদুম ওইনমক নাওরিনা কাপ্পকপনি মাবল মরুনি কৈদৌনা নারোইদগে? নোম্বুরগা খুৎ য়েংনা পানকমদা পায; "অশ" হায়রগা শুগংতুনা চৈনাদু খাংই। ভাইহাক লৈরগা কদোমদগী কাপ্পকপা নাওরিনো কোইরৈ লৈদুনা যেংই। লম্বীগী নাকন্দা লমপাক মচা অমনা মবক খল্লগা কেবা পাম্বীনা পরেং শানা হৌরি। মদুগী মরুমদা লোংলম্বা ওইগনি অঙোজাওদু মদোমদগী থোরকই। হান্না শাউনিংলম্বদু ভুক্কচবদা ওনখ্রে। চৈনাদু খংফ কখিনগুম তৌই। রাখলনা চৈনাদু ফবোই নীংবনি; মথোঙদু শেল্লগা চৎপা হৌই। অঙোজাওনা লুবা লৈগী মনাক্তা চংশিল্লগা কল্লক পেনবগী রাঙাংদা হায—
"চৈনা কংলবনিনা হৌজিক্তা নপুরিংদা ঐবু চৈবৈনিনে? নচীম্না চৈগে হাযরবশু নপুম থিংপমথৈ চৈযু। নহালমথৈ রা ভাংদবদু ভশিশু ভাংদবা ভমত্রা যেংগে। রা ভাংদ্রি ফাওবা নাওবিশিনা থাদৌরিবনি।" হাযবগা মার্বল মক হাপ্পগা নাওবিদু খুদুম চেংনা পায। কাপকদবগী মওংগুম অনিবক চিংই। মখাশু তাবি—"ঐনা ফজনা হাযবদা নংনা থৌশাত্রবনিনা শিদগীদি তোঙান তোঙানবা পাম্বৈনা নংবু ওৎকনি। কা হেন্না অবা-অনা নংদ্রিবৈদা নশানা যানা ঐঙোন্দা লৈজৌ নিনি হুম্বিশিদা নং ঐঙোন্দা লৈবা ভমগত্রা হায়যু।" হামগুম্না

খুমদবীত্থ তৌরি । মগাংগী মুমিংকুমা, গুপিদি অঙোজাওত্থ লুবাংলৈনা খুমকখিনি খন্দুনা ভাইহাক ভাইবক্ত তৌত্রে । মানা হংবগা লুবাংলৈনা খুমজ্রবদা অমুক নমহং হংই—"প্রপ, প্রপ খুম্মুনে, নং ঐঙোন্দা লৈদোইরা লৈয়োইদৌরিব্রা ? ঐনা হায়বদা য়াত্রবদি নং কৈথেল কাবদি হায়রুগু নমুমদগী হেন্দোকপা যারোই; মশিমদি শোয়ত্রবনি খঙউ।" মীলুংশি য়াওদবা মতৌগুম হাংকে তুপকে মওংদা মখা তারকই—"নং বা শুকঙাং ঙাংদবা ঙমত্রা ?" চুয়া খোন্দা থীনা ঙাংবত্ত নত্তনা মখুৎ য়াওরক্কদবা মাল্লি। চৎপা লেপ্লগা লুবাংলৈনা অঙোজাওদা শেকেন্দ তরা-রোম মীং কুপ্তনা য়েংই; শর কুইনা হোল্লি; চীনবান নিকলপ তৌই । বা ঙাংগে তৌরুবনি; থংনবা মীৎকুপ্তা বাফমশি চাউথোরক্কদ্রা খন্দুনা পুক্লিং ফাথরগা চৎলি । অঙোজাওদি মানা খল্লিবত্থ মী পুম্বনা য়ানিংগদবনি হায়বা মীওইশিংত্থগী মরক্তা য়াওরম্বনা কম্বা করিংননা হংলকই—"নং নন্নুং য়াম্না কন্দৌরিব্রা; নন্নুং কনগী মতিক চাবা থবক তৌবত্থ পামব্রো ?" ফাথরুরবা লুবাংলৈগী অশাউবত্থ মনিং ভম্নকই; অঙোজাওদা শৎ ওনশিল্লগা হংই —"ঐ লুপ্রাবীনি, চাংজনবীনি হায়বশি মরক মরক্তা নীংশিংব্রা ?

—মত্থ পুম্বত্থ খঙলগা নংবু লোংগে হায়রিবনি ।

—লুপ্রাবী ঐগীগু ইপুরোইবা লৈরম্মী হায়বশিমদি করিগী কাউথোকপীরি ?" লুবাংলৈনা মখা তারক্কদৌরিবা বাহৈশিংত্থগী মন্নুংদা ফুমগদবা অর্থত্থ খঙবা ঙমদ্রি; অঙোজাও হাইফেং চঙকৈ। লুবাংলৈনা মখা হংই—"কুগী লৈতেং ওইপ্রবা মহাক্তু ঐগী

ইপুরোইবা নত্তে হায়বা য়াখিগত্র ?

—শিগ্রবা মীহুগী লাইমন ওইরগা নংগী করিদি কায়দৌরি ? পীবংনবী নবানিগী ফনবনি ঐনা নংবু লোগে হায়রিবশে ।

—পীবংনবী ইমা-ইচাগী লাইনিং ওইরিবা মহাক্তু তাইবং মীওইপোক অমা ওইনা খ্বাইগী লক্ত। হিংহুনা মালেমদা খোঙুল তাহল্লমদে হায়বশিবু পুনশিদা শুংঙাই য়াইকবতা শরুক ওইবা। তেক্ত কায়দবা কনানো হায়রগদবা ?" কপনিংবগী খোল্লৈ য়াওরে মীৎতা পী ইরা চেল্লে । মথা অমুক তারকই

—"অহে অশিং কনানো থোরক্লো। মহাক হিংলম্মী। ঐগী ইপুরোইবনি হায়বশি ঐবু কাউহল্লো; মালুবুশু মপা লৈতবা মচানি থাজবা ঙমহল্লো ।" তানিংদ্রমাল্লে খোল কল্পক্লা অঙোজাওনা ভাংলকই—

"রাকোই ভাংহুনা কপশিন্নগন্নু; নংগীহু কপশিন্নবনি ঐ চপ চানা শঙবজাংবনি; মহুম্না তোৌরগা ঐনা হনগদবশু নত্তে ।" ইল্লিবা ফিনানা পীহু তৈথোক্লগা লুব্রাংলৈনা হায়—

"মীৎতগী পী তানা কপশিন্নরিবশিগী মৈচাক্কী ঐগুম্বীতনা খঙগনি ।

—নংগীহু রারেম থোৌরেমনি; ঐগীদি নং নশানা য়ানা ঐঙোন্দা লৈগেরা, নখুৎ পাযহুনা চিংউরা ? নরোল শেংউ ।

—মহাক্তুনা কুগী লৈতেং ওইথিবদগী ইপামদা হল্লক্লে। নখোয় খ্বাইনা লুখ্রাগী মো হল্লকপী মিংথোলগা লোয়ননা মীৎয়েং; চংবিরে; ঐ করিশু শাউদে। নখোয়দা করিশু হায়জদে; অশিমক্তদা ঐঙোন্দা অয়েৎপা পীরিবশিবু :হোনরিব্রা ? কুগী লৈতেং ওইগ্রবা

মতাক্দুনা নখোয় কনাগী মাংনবা তৌরম্বগে ? ঐনা ওশি ফাওবা লৈরকপশিদা লৈকায় নখোয়গী মায় খুনবা থবক করি তৌগ্রবগে ?" অকল অরিং শিংবা, শাউনা ভাংবদা থোইনা কাম্নবা উদে হ'যবশি অঙোজাওনা খঙলবগুম হায়—

"ঐনা মমা নচা ঐগা লৈমিন্নশি হায়বশিবু করি কায়বগে ? মশিবু নব'নিগী ফনবা নদুনা মাংনবদি ওইরিরোইদা ?" নোংমাংখানা য়ামক্রে হাযদুনা থাবা হুম্বদি নত্তে, অঙোজাওগী খে'ন্দাদু শুকত্রা তানিংদে। লুরাংলৈনা হায়—

"লুংহাই হাইফবা ভেক্ত কায়দবা নখোয়গী থৌজালগী মীংযেংদু ইব'ইবক থীনী দৈদি লৌজররোই; নখোযগী থৌজালদু খৌরাংনা ভাইরিনী মুপীশু লৈরম্বা য়াই, মখো'য়গী মনাক্তা চৎপীরো, অনিমক্কী মহৈ ওইগনি।" নমদুনা পুক্লিংদু ইংহনগে হোৎনদবা, মতম চুপ্পগী ইবাংত লংবা অঙোজাওগী পুক্লিংদু শাউরপ তৌই। অদুনকপু মতাংশিদা অরোইবা রাফমদু ভাংনবা য়াররোই হায়বশি খঙলদুনা খনকা তৌরকই—"নংনা চোইরোল লোম্লগা রাকৈ অনদা পুথোকএ: ঐগীদ হায়বিরিবশিনি, নংগুম্বী লুপ্রাবীনা ঐভোন্দা অকল অরিংদি শিংলকনু; শিংনরবদি ঐহাক মী হাৎপা ওম্বনি খরা লৈরগা অমুক হংখিনি, মদুদগু থোয়চৎনরবদি নং থাংনা চবৎ চবৎ য়ানগদবনি।" হায়রগা মতুংদা য়েপলিবা, মখোক কায়রবা, অমনবা খুগ্রীদু লোথোক্লগা অমুক হাপ্পগী মফমদা য়েপশিল্লি; অদুগা নাওরিদু মার্বল হাপ্লগা অনকপদা হোবা উদা কাপশিল্লি; মার্বলদু উদগী থক্তোররগা লম্বীদা তাই।

অঙোজাওদি মথন্তা বা ঙাংলতুনা লবুকলোমদা চংগ্রে ।
লুবাংলৈনা শী তৈথোক্লগা চংলি।



হৌপ্রবা থৌদোকশিং নীংশিংলুসদা তারকপা শীহ্ হৌগংলগা তৈথোকই। হৌজিক্তা খঙলকই, ফমুং কাখংলমদাইদা থাঙমৈ মুংথংলমম্রে, ফমুংদগী কুমথরগা থাওমৈহ্ মথন্ত মুংচাখিনবা মঙংদা লৈথে। তপ্না ফমুংদা অমুক কাখংলগা হিপলে। কৈথেল কাহুনা মশানা শাজবা ফিহ্ য়োনবা ফংদ্রেদকো খল্লকই। চাউরোহ্ য়ুংদা লৈরবদি পুন্নমকশি ফগদবনি। থবক মফমদা চংখিবহ্ থা অময়োম ফারবনি, নোংমতগু লাক্কে; নোংমা ফানা লাকত্রবগু মরক মরক্তা লাক্লগা পুং থরদং লৈরবদি উশিংতবশি লৈরমলোই-দবনি। মশিগী মথক্তা খ্বাইদগী মরুওইবা তায়নফমদি মায়কৈননি। য়ু থকপীগন্নু, তঙাই ফদ্রগনা খজিক্তং থকপীয়ু, য়াদনা মতাং ওইরগদি য়ুমদা মী য়াওদনা থকপীয়ু। কয়ারকনি হায়জখিবহ্। সুংশিনা লৌজখিবী, পুনশিগী অবা অনাদা শরুক য়ামিন্নগনি লাক্রিবী, য়াগু য়ামিন্নরিবী লুবাংলৈনা থম্মোই শেংনা হায়জবহ্ মায়কৈমগু য়ানিংই। মাগী কাংবুত্তগা পুনশ্রবদি লুবাংলৈগী বাহৈশিংহ্ মমল লৈহনখিদে। মতুমক্তা ঙশিগী অবা নোংলৈশি নংলমাল্লে। তাইবং পুনশি লম্বীদা থেংনরিবা খুদিংমকশি নোংদমবগী খুদোলনি হায়বশি মীপুম খুদিংনা খনবা ঙম্মবা, পেম্বোকপা য়ান্নবদি মীওইবনা করিগী অয়েংবদা থম্মোই লাইমল

ঙইরুগদগে ? থৌদোক্তু মায়তেনগী পুনশিদা থেংনরমত্রবদি মহাক য়ু হায়বশিগী মহাও খঙলমদবা য়াই । মানি থৌদোক্তুনা মায়তনবু য়ু থকপা তনবীবনি, মহুং মতম চাদনা কুগী লৈতেং ঙইহনবনি । নীংশিবনা থৌদোক্তু মাগী মীৎমাংদা পুরক্লি ।



মবানি লুহোংবা থাঅনি ফাত্রিউৈ, য়াওশংগী মঙানিগুবা হুমিদাং অহুদনি মায়তেন্না য়ু ঙাওরগা মরাল লৈরবা মীগুম্না, মশাহু হাইদনবা হোৎনরগা ইমুংদা চংলকখিবহু । মহুগী হুমিংতুনা, ইহান হান্না লুব্রাংলৈনা থেংনবনি । ব্রা ঙাংদে, তুমিন্না মাগী কাদা চংই । লুব্রাংলৈশু তপ্না মাগী মতুং ইল্লি । মখোয় কাগী থোংজিল য়োরকপদা তুংদগী মকুবোক্না তপ্না হায় —"হুপীমচা মাগী মতৌশি ঐখোয় নংগী মাংদা য়াম্না ইকাই; অহুবু ইকাই হায়বশি নত্তনদি পাম্বে লৈতে । নংনা মাগী শাজংশি হোংদোকহনবা ঙম্মবদি ওহোক্না ফগ্রনিদকো । ঐনা হায়রিবসি ঐখোয়গী অশোয়ববু নঙোন্দা থংজিন্দুনা নংবু অন্না অনা চেম্নহনগে খনবদি নত্তে হুপীমচা ।" লুব্রাংলৈ খুম্লমদে, তুমিন্না কাদা চংলকই । মায়তেন্দু চৌকিদা ফম্লগা তোংলিবা খোঙউপতু লৌথোক্লি, খোঙউপতু ঈশিংফমগী ঙাক্রা অহিংবগা মাম্নরে । লুব্রাংলৈনা খোঙউপতু লৌথোক্লবা চংশিল্লুবদা মায়তেন্না হায় —"নং য়াওরক্কনু, ইতোমতা লৌথোকচগে ।"

মঙোন্দা য়ানিংদবা লৈবা৷ হায়বনি খন্দুনা লুৱাংলৈনহু অমুকন্ত খোঙউপতু লৌথোক্কে তৌই। মায়তেন্দু মশা হাইতক্লা হৌগৎলগা চৌকিহু মফম থরা হোংলগা ফম্মী। খোঙউপতু লৌথোক্লনা হোৎনবগা হায় —"নংনা থোগমোন ফবকইনশিবু য়ু ছাওবা ঐবু ইথন্তা ইকাইজনবরো ?" খোঙউপ নাম্মা লৌথোকপা লোইরহনা কাংখদা থম্মী। চৌকিদা হম্মা ফম্নগা লেমহৌবা অমহু লৌথোল্লহুনা হায —"ইক'ইবগী জাংতৌ ঐ লে ইরবানি। ইকাইনি হায়নন্তু ঙশাই থরমদাইদন্তু নীংশিংই। নীংশি লবন্তু থক্লবদি ঙমদে।" লুৱাংলৈদা ওনশিল্লগা হংই —"মশিগী মবমহু নং হু লোইদ্রো ?" লুৱাংলৈনা খুনদনা, লৌথোক্লনা খোঙউপতু মফম চান। থমগে তৌবদা যানিংদনা মায়তেম্না হায় —"যাদে, নং কবিমত্তা তৌবা য়াদে; য়ু ঙ'ওবা ঐগী শেবা তৌনবা নং ঐগী শিদা লৈনা নত্তে।" হাযবগা হৌগৎল্লগা খোঙউপ নাম্মহু অমহুগী মনাক্তা থমলুই। হান্নগী চৌকিহুদা ফম্নগা খোঙমোঙ্গাহু লৌথোকই। মহুনদি লুৱাংলৈশু য়েংহুনা লৈরে। লৌথ কপা লোযবনা মোজা ঙানহু খোঙউপ অনিদা অনমম হাপ'চ'ম্ন; অমুক লৌথোক্লগা য়েং-ওই মশক খঙনবা ফনা কুইনা য়েংই। মোজা'হু চিংহুনা শেম্মী, নৈবাক্তা ইশাং শাংনা ফিংথোল্লগা থম্মী। মানা তৌবিনহু লুৱাংলৈনা খঙলহুনা চংশিল্লকই ওহুগা মোজাহু ওই য়েং খন্দোল্লগা খোঙউপতা হাপচিল্লি। মায়তেন্দু হনগৎনা য়েংলগা হায় —"মোজা য়েং ওই মশক তানপদ ধংগাঙবগী শেবা তৌবা ৱৌদেহৈ।" হৌগৎলে,

ফিয়ানখোক মনাক্তা লেপ্লগা শেংলি লিংলিবা ফিশিংত্থ লৌথো-ক্লবা হোংনৈ। ফুরিং কুদাম লৌথোক্লিবত্থ, তোয়না বশ তোংদবা মীনা, অচেনবা বশ মসুংদা তোংলিঙৈ, ফুরিংখাওদগী পৈশা লৌথোক্লবা হোংনবগী অন্নাবগুম্নে। ফুরিং কুদামত্থ লৌথোকপা ঙমদ্রে। লুবাংলৈদি মঙোন্দা মীৎকম চোয়দনা য়েংলি। য়েংলিবা মীৎয়েংত্থগী অর্থ খঙলবগুম, কুদাম লৌথোক্লবা হোংনবগী মত্থত্তা চৌকিদা ফন্মী। বাফম্ অমা পুশিন্নবা হায়রকই—

"নং ঐঙোন্দা করিগু হায়রোইদ্রে৷?" লুবাংলৈনা খুম্নকত্রবদা অমুকশু হংই—"হা, নং ঐঙোন্দা বা অমত্তা ঙাংনিংদ্রে৷ ?

—কৈদৌবগী ঙাংনিংদোইনো ?

—ঐ যু ঙাওরিশিদি।" মখা তারকল্লবশিদ লুবাংলৈত্থ কাদগী থোকখিগে তৌই; মায়তেম্না থাম্নকই—"ঙাইখোও চৎখিন্নু ঐ বা অমা হায়গে।" মখুৎ থৎলগা কৌশিল্লি। লুবাংলৈনা মায় লৈশিন্নগা হংই—"করি বানো হংদৌরিবো ?

—নং ঐনা যু থকপশিদা শাউত্থনা নত্রগা বারৌত্থনা ঐঙোন্দা বা অমত্তা ঙাংলোইদ্রে৷ ?

—ঙাংলোইয়ে।" মাগী অমাংবা লৈতবগুম্ন খুম্মী। মায়তেন্দি খরা ঙকপা মাল্লি; মখা তানা হংই—"ও, ঙাংলোইদবা; অত্থ ঙাংদ্রবশু বাহংদি হংলোইদ্রে৷ ?

—করি বাহংনো হংদৌরিববো ?" মায়তেনগী মনাক্তা খরা চংশিল্লগা মখাশু তারকই—"ঐগীদি হংনবা বাহংকা লৈতেয়ে।" লুবাংলৈনা হংলোইদবশিদা মহাক মশানা ফোংদোরকই—

"ঐনা য়ু থক্লিবশিংগী মরমতু নং হংলোইদ্রো ?
—য়ু থক্করিবশিবু মরম অমমম লৈনব্রা ?
—মী খুদিংমক্কীগু লৈনরম্বা য়াই, লৈনরমদবগু য়াই । ঐনা ঙশি থক্লিবশিংগীদি অরুবা মরম অমা লৈ । মরমতু ঙশিদি নঙোন্দা হায়নিংই ।
—মরমতু হায়নবগীরা ঙশি য়ু থক্লিবশিবো ?
—নত্তে; মরমতু হায়নবা ঐ য়ু থকপা নত্তে: য়ু থক্কবগী মরমতুনা ঐবু ঙশিংগী মুমিৎশিদা য়ু থকহনবনি, ঙাওহনবনি ।" ৱাফমশি শাংদোক্কনবা লুৱাংলৈনা হায়—
"ৱাশি তোক্লশি, ঙাংনরগুমশি, ফিজুত্তম হো লগা পোৎথাবিরো ।
—ফি হোংবা য়াদ্রি, পোৎথাবগু য়াদ্রি । ঐনা ঙশিংগী মুমিৎশিদা য়ু থকপগী মরমতু নঙোন্দা হায়খিনি ।
—ৱাতু খরা তপ্পা ঙাংশি; অতাবনা ফত্তনা থন্নখিনি ।
—তপ্পা ৱা ঙাংঊ হায়রবদি নং ইনাক্তা নকশিল্লকউ ।
—অগুক য়াম্না নক্না লৈরিশিদি ?
—ঐনা হায়দি নং ইনাক্তা খরা নক্না ফম্মু হায়বনি । নং য়ু মনমশি হৈদি হৈনরম্মোই, ইল্লিবা ফিজুনা নাত্তোন্দু খুমজিল্লু নমথীবা খরদি ফনি । শে, ইনাক্তা ফম্মু, ঐনা য়ু থকপগী মরমতু হায়গেবা ।" লুৱাংলৈগী খুৎ পায়রগা চিংই । অতুগা হায়—
"নং ঐনা য়ু থক্লিবা অগদি থকখিবগী মরমতু খঙনিংদ্রো ?
—মরমতু খঙবদগীদি মতুংদা অমুক য়ু থক্কবনা হেন্না পাম্মী ।
—মতুংদা অমুক থক্কবা হায়বতুদি ঐনা ঙমদে; মহৌশা খোঙচত্তা,

চহি অমদা লৈরিবা মুমিৎশিংগী মস্থংদা য়াওশংগী মঙানিগুবা মুমিৎশি য়াওহন্দবা ওয়বা অদুগা মুমিৎশিমগু কাউথোকপা ওয়বা, ঐ য়ু থকপা তোকপদা নত্তনা য়ু হায়বশিগু নীংশিংদবা ওমগনি। থাজৌ ঐ পুনশিগী য়ু থক্রবা ওমগনি।" পুক্নিং থরা মুংশিনা মথা তারকই—"নীংওমখিত্রবা থোদোক্লনি, ওশি নংবু য়ু ঙাওবগী মুপী ওইহল্লিবশে; নংদ মত্তনা য়াওশংগী মঙানিগুবা মুমিৎশিমগু ঐঙোন্দা মীওৎপী ওইরিবনি। নীংশিং খুদিং কুগী লৈতেং ওইগ্রবশিংদু মীত্তা উরকই। থম্মোইশি থোইরাং থোইশাওনৈ; মশি ফনবনি ঐনা ঙাওত্রিবা ফাওবা য়ু থক্লিবশে।" পী তারমাল্লে; রুমালনা তৈথোক্লগা মথা তাই—"ওশাইনা য়ুমদা হল্লকপা য়ারবনি; নংনা মুংঙাইরোই থনবদগী য়ু ঙাওবা থজিক্কং ফবা ঙাইবদা থেংলিবনি।" থরায় মুংঙাইতনা লুরাংলৈনা হংই—"য়াওশংগী মঙানিগুবা মুনিত্তা করম্বা থোদোক থোকখিবগে?
—থম্মোই লাইমন ওইরবা থোদোক্লগী রারীদুনি নংবু খঙহন্নিংলিবশে। পুনশিগী কাউবগু ওয়রোইদবা।
—নহালমথৈদি অমুক্তা পনখিদেনা?
—য়ারিবমথৈ নীংশিংনিংদে; নীংশিংলগা থম্মোইশি য়াম্না রাই। নং কাউরব্রা, ইবানিগী লুহোংবদা ঐখোয় থেংনা লাকখিদনা থেংনা লাকপগী রাহৈ ৫, ১০ ঙাংনখিবনি। মতু ঐনা থোকহনবনি।" লুরাংলৈগু নীংশিংলকই, মুমিক্লদা মুপা ময়ুমগী কাংবুনা থেংনা লাকই, মুপীময়ুমবু উশিং থওইদবনি; লুহোংবা তোক্কদবনি, হায়দুনা শাউনখি। অহল থরনা থেমজিমরগা লুহোংলকখিবনি।

থেংনা লাকখিবগী মরমত্তুদি লুরাংলৈনা ঙশিগু খঙজ্রি। খঙনিংবগী মীৎয়েংনা মায়তেন্দা য়েংই। শমপংনা রারীত্থু লিবকই। লুহোংনবগী থৌরাং তৌবকপদগীনি, মাযতেনগী থম্মোইনা পেম্নবা ফাওবকপশি। লৈকায়গী, মরী-মতাগী মীওই, মরূপ মপাং কযা লাকপীতুনা চেনবী-চোংবীবৈ। কুগী লৈতেং ওইগ্রবা ওইগ্রবী অনিত্থুদি ময়ামগী লক্রা যাওদ্রে, ইহাং হাংলে, ইরাং রাংলে। সুমিং থরনিদি পুক্লিংত্থু ফাথবম্বনি। লুহোংবা সুমিংকী সুংথিলদা মাযতেন্না কুগী লৈতেং ওইগ্রবশিং অত্থুগী মোংফমদা চৎলগা থম্মোই পেন্না কপখি। কযাম কুইনা লৈবক্রবগে হাযবত্থু মহাক মশানদি খঙখিদ্রে, মফমত্থুদগী চৎনিংদবগুম তৌই। কুগী লৈতেং ওইগ্রবশিংত্থু চত্রবদি মাগু চৎলবোই হায়বগী মতাংগুম্মী। মাবু থিবা মীশিংত্থু লাক্লমদ্রবদি লুহোংবা তোক্লমগনি।

ঙশাইমথৈদি রা হৌদোকনিংলমদে; যু ডাংখ্রিবনিনা রাফমশি চাউথোবক্কনি নীংই। হৌজিক্কী রারীশিগী লংনা লজিল খঙনিংলত্থুনা হংই—'রারীশি লৌশিনবা ইডম ঙমদে; কবি থোদোক থোকখিবগে?"

মাযতেন্না থরায খংযাও যাওবত্থুনা হায—

"অত্থুন্না ঙশাইনা হংবা যাদ্রো? চংলু ঐগী উপু অমনবা মচাশি হাংদোকউ।" মাতনা খঙবা, শিংবগুম্না মথা তাই—"শোত্থু বেন্না থবা তৌববনি; হুনাইদা খুৎ ওইনানা কন্না নম্নগা হাংউ। উপু মনুংদা ঐগী শৈবেং ইবা বয মযাম লৈবিবত্থুগী মরক্তা দাইবি মখুম অমুননা খুম্বা অমা য়াওরমগনি; মত্থু লৌথোরকউ

মতুদা নংনা খঙনিংলিবা পুম্মমক্তো থেংনরনি।" মানা হায়রিবশি মনাক্তগী চংথোকখিনবা হায়রিত্রা খন্দুনা লুরাংলৈছু মায়তেন্দা য়েংই। মায়তেন্না খল্লিবনা দাইরিছু খিকম খঙলোই অশিনি; হায়রকই — "চংলো৹ দাইরিছু লৌথোকউচো৹ নংনা ইরাই লাইনা খিবা ঙমগনি। মখুম অমুবনা খুম্বা দাইরি মতুখক্তনি; অতৈ দাইরিশু লৈরম্লোই।" লুরাংলৈছু হন্দক্তী পম্বত্রে৹ উপুছু শো হাংলে, দাইরিছু খিরকই। মায়তেনশু ফি হোংবা হৌরকই। ফুরিং লৌথোক্লবা মতুংদা খোঙগ্রাঙ লৌথোকপদা তুশিল্লে। মথোল অমা তাবতুদা লুরাংলৈনা য়েংলকই। মাবু নাতৈ চানা দাইরি খিহনবগী মরমতু খঙলকই। হৌগংনবা হোংনরগা মায়তেন্না হায়—"হৌগংলকনু৹ খিরিবতু ফংনবা খিয়ু।"

দাইরিতুতা ফংনবা খিদে; লৈরিবা বয় ময়ামতুদগী অমা ফাক্লগা ইরিবশিংতু পাই। করিগুম্বদনা মওং চানা থম্মদবা বয়শিংতু শেমজিল্লি। উফুল পকপা, মিরাং পকপশিংতু ফিজিনা তৈথোক নাম্মোকই। মায়তেন্দু ফি হোংবা লোইরতুনা চংশিল্লকই; হংলকই—"হৌজিক ফাওবা খিবা ফংব্রিরো ?" লুরাংলৈনা বয় ফাক্লগা পারম্বতু উদবা হায়— "নংদি শৈরেং পাতুনা লৈরবোইরে ?" হায়রিবতুগী ওন্নবদা লুরাংলৈনা হংই —"শৈরেং নত্তবা অতৈদি ইদ্রা ?
—অতৈ হায়বদি ?
—শুমাংলিলা৹ ইশৈলিলা৹ রারীমচা৹ অশেম্বা রারী।
—অমত্তা ইদে; ইগেশু খন্দে।" হায়রগা লুরাংলৈগী মনাক্তা ফম্মী। হান্না য়েংলম্বা বয়তু থমজিল্লগা অতোপ্পা বয় অমা

ক্ষাক্লগা হংই—"ইবা য়াত্রা ?

—শৈরেং ইবশি নংনা পামদবগী ৱারা ?

—ঐবুদি পাম্মী; নংনা পাম্বা পুম্বহু ঐগীগুনি। ঐখোয় লৈবাকশিগী মীশিংনদি শৈরেংগী লাইরিকশিংবু কয়া খোইনা লৈনদে হায়নৈ।

—মহুবুদি হায়নবথক্তা নত্তে চুম্নিবনি।

—অহুদি মীনা পাম্নবশিংহুদা ওনশিনবনা ফত্রো ?" য়ানিংদবা মীৎয়েংনা লুৱাংলৈদা য়েংলগা মায়তেম্না হায়—"নংনা হায়রিবহুদি ঐবু শৈরেং ইবা তোক্লগা শেল থোক্লবা থবক গুরো হায়বগা মান্নৈ। চুমত্রনে ?

—মহুম্নদি ঐ খন্দেকো।" হাইফেং পাখংনা হায়। লুৱাংলৈনা পাখংচবহুদা মাযতেম্না হায়—

"নংনা হায়রিবহু নংতগী ৱা নত্তে। ইবা পামজবা ঐখোয়বু লংশিবীবা মীশিংগী ৱাখলনি। অহুবু ঐগী থম্মোইনদি লাইরিক ইবা। শৈরেং ইববু শেন্দান লম্বা অমগুম্না খনবহুদি ঙম্লরোই।"

ঙাংনরিবা ৱাফমহু তোক্লবা। হান্নগী ৱাফমহুদা হল্লক্লবা মাযতেম্না হায়—"মশিগী ৱাশি তোক্লশি। দায়রিহু মখা ইথং থংবা কাগী। মনিংথংবা কাচিন্দা লৈবনি লৌথোরকউ।" লুৱাংলৈদি দাইরিহু অতম্না থিবগী মহৎতা লৈরিবা বয়, চে ময়ামহু মফম চানা থমলি। মহুদা মায়তেম্না হায়—"নংগীশি কুইদৌ মাল্লি দাইরিহু লৌথোক্লগা নথন্তা পাজ্জরো। নংনা খঙনিংলিবহুদি, ইরিবহুগী অবোইবা শরুক্তুনি; মহুরাইদগী পাবা ছোরো। ঐদি শৈরেং ইরুবগে। উপুদগী কলম অঙৌবহুগা চে অঙৌবা খরগা অমুক্তা পীরকউ।" কলমহুগা চেগা লৌথোক্লগা লুৱাংলৈনা পীরকই।

মচু লৌরগা মাগী কমুং ময়াক্তা থারিবা টৈবল চৌকিয়োকদা চংলি। লুরাংলৈনা হায়রকই—"চাক হায়া চাখিশি। —ঙশিদি চায়রোই।" চৌকিদা কম্নগা মখা তায়রকই— "ঙশিগুম্বা স্নুমিদাংশে চায়া হেনবা, চহি কনা য়াক্লে, মতুংদগু হেন্নগদবনি।" লুরাংলৈচু বা মখা তাক্রে হোৌগৎলগা থাওমৈচু টেবলদা থম্মী। তুম্লিংলগা তুম্নবা মায়তেংনবী কমুংচু কহোৌক্লগা কাংখল থাই। অতোপ্পা থাওমৈ অমা লৌক্লগা দাইরিচু খিররে। মায়তেংনা শৈবেং ইবা হোৌখিবদগীদি মাগু মখোল খোকহন্দনবা হোংনৈ। দাইরিচু লৌথোক্লে, চে চাং পুম্বা মকম চানা শেমজিল্লগা উপুচু তপ্পা লোনশিল্লি। মাগী কমুংদা কম্নগা দাইরিচু কাকই। দাইরিচু লোইনমক ইরমদে, এপ্রিল থাদা ময়েক অচৌবনা ইরি—মোংদম্নদা তায়নবা তাই—মচুদগী পাবা হোৌরকই।

লৈবাক শুমিম্নরম্বশিংচু হুম্নপ্রে, কায়নরমদাইদা হায়রম্মী—"চাক চারগা চংথোরকউ, থাবল চোংবগী কুমৈ য়েংলুশি।" ঐনা শোয়দনা থোরক্কনি হায়বগী অরেপ্পদি পীরমদে। মরমদি ঐগী রানিতা স্নুমিদাংদা মথন্ত থাদোক্লিংদে। ঐগু স্নুমিং চুম্না লৈবাক শুরুবনিনা হকচাংশি চোকথৈ, ইত্তেক তেকই। পোৎথাবা পাম্মী। চৎত্রবগু শুমিম্নবশিংচুনা স্নুংঙাইখিরোই-দৌবচুগী থনবদা অমুকগু চৎনিংই। মখোয় ঐগা হাম্না থঙন-তিম্নবা অমত্ত নত্তে; থবক শুমিম্নবদগী লোইনরকপনি। লম্বীদা চৎলিঙৈ রানিতাচু ঙশিদি লক্লগে খল্লি; বাহৌনা থাবল

চোংবা হৌরকপহনা ওইরগে । লক্লবদা য়াওগনবা থাগী পাক্লিং অমা ডাইহাক্লুদা শাগংশি। অদুবু ঙুম য়ৌরকপদদি মশুদা কাওবা কোকহম্লিংদবা খোঙ্গোক অমা খোক্লবতু খেংনারে। মুমক শরনগী চোকথবা, লক্লগে থমথা বাখল, মুস্বাল অনৌবগী মুংশাইবা পুম্নমক খুদক্লুদা মাংখ্রে। ইলেকত্রিক্লা চিংবদগী লৌশিং মাংলবা মীপু হৌজিক ঐনা ওইরিবশিংগুম্না ভৌরমগন্ত্রা থংদে। রানিতাহু ইমাখোয়গী মাঙোল কাচিন্দা নমশিলগা ইমানা মখুত্তা থাচেং তংখাই অমা পায়রগা কুরম্মী। বাবানা ফমেন্দা ফম্লগা কুম্মেওয়া য়েংলম্মী। ঐগী তুপীবু কজনবা পাঙ্গন্দু ঐঙোন্দা লৈতে; ইমাগী মনাক্তগী রানিতাবু চিংথোকপীবদি লাইরদনা করিগী মাপু ফুরিবনো, ফুবিগনু হায়জবা ফাওবা ঙমদে। লাইরিক তম্লিংদা ইমাগী শিংন্না পায়া হেন্না ফাথিবা, চাংয়েংদা নম্বর হেনথিবা, শামবদা মীনা থোইখিবা পুম্বতু থাংবা ঙমখিদে; ঙমজবা পাঙ্গল থৌনা পুথোক্লুনা হোৎনখিবনি। ঙশিদি শুমাং ফাওরগা শঙ্গোই ফাওবা চৎপদা, উপায় লৈত্রবী মাগীদমক মীৎকুপ অমতং লেপ্লগা বাহৈ ১. ২দং হায়নবগী পাঙ্গন্দু ফাওবা লৈত্রে। ইমাগী চৈক্লদা থাংবা বারবী রানিতানা, কপ্পদা খোঞ্জেল থোক্লনবা মখুবাক্লা চীন্দু খুমজিল্লগা মীতগী পীনা লেপ্তনা তারগা, ঐঙোন্দা মাগী মপুরোইবনি মতাগুম য়েংলকপা মীৎয়েংতু উদনবা ঐ ইমুংদা চংলকখি। ঐ লাকপা উবদা বাবানা লাওনা হায়—

"চৈতু থরা চাউবনা ফুনে; নংনা পায়রিবা চৈতুনদি শিবা ঙম্মোইনে; অনম কনবা মচাশিংগে হাৎলগদা থম্মোইশি

পেন্নগদবনি ।" ঐহাক খোঙ্কেল খোক্তনা কপ্পী । মশিমদি ঐগী পাঙ্গল লৈরি । কয়াম কুইনা লৈখিগনি হায়বদি খঙদেঃ ইনা নত্রগা বাবানা উখিবা মীংকুপ্তা অয়োইবা ওইবগু য়াই । ইবানিদা তারিবা অবাবশি মা-ঐগী থুংনবগী মুমিৎতুলগু হয়েং তুংদা অশুম্না ওইররগনি হায়বগু খঙখি । অতুমকপু থম্মোই-শিনদি মাবু লাপথোকপা ঙমখিদেঃ ঙম্নবগী থৌনাগু লৈখিদে । মাগীগু লৈরমদবা য়াই । মুংশিবগী মচুনা থম্মোইদা য়েকথীবা শক্তমবু য়েংখিনবগী মৈরিনা ফনা কন্দুনগু চাকপদি ঙম্মোই । রানিতাবু ফুবহু তোরেঃ ওক্তব্রা, খুং পেল্লব্রা, হয়েংগী থাক্লিব্রা, ইমানা মশম পায়রগা চিংখৎলেঃ দারিদগী ঙক পায়দুনা শুমাংদা ইম্বুরকই । তুংশোম্নরবীহু 'ইক' লাওনা তুশিল্লি । ঐহাক চেম্বোক্লগা হৌগৎপী নিংইঃ খোঙ থাংবদি ঙমদে । মীৎ উইশিন্দুনা কপ্পা, পী তাহনবতনি ঐনা ঙম্বা । রানিতাহু তপ্পা হৌগৎ-লগা মফিদা পকপা উফুলহু মথুংনা তকথোক নাম্বোকই । অহুবু উফুলদি কয়া তারক্তে পী ওইনা তারকই । ইমা বাবানা পী তৈথোকপা য়াদে হায়রমগব্রা রানিতাহু পী তৈথোক্তে ।

ইমাহু খুৎকী লান লোইরবগু চীনগীদি লোইব্রিঃ মাঙ্গোন্দা কোইচৎ চৎলগা ঙাংলি । বাবাগু মরক মরক্তা ইমাগী থৌনা হাপকৎপা বাঙাং ঙাংলকই । চৈনা অনি থাংলিবী রানিতাহু ইনাক্তা লেপ্লরে । ঐনা খুকউনা লৈমায়দা শোরগা, মায়না মোম্প্না্ক্তা উপশিল্লগা কপ্পহু উরগা মহাক্কী থম্মোইহু হেম্না নৌরব্রা হীক হীক কপ্পীঃ ইনাক্তা ফম্নগা ঐঙোন্দা ঙাশিল্লকই । মাবু

কপ্পনবদি শিনবা ওমত্রবা ঐনা৹ ঐগী হুপী য়াম্না মুংশিজবীশিবু "কপকন্থ" হায়বা রাহৈশিদগু হায়তুনা থেমজিনবা ওমদে । মা-ঐ কপম্নিবা৹ অবা মৈচাক, থম্মোই চৈনা খাংফিম্নবতনি ঐনা ওমলিবশি । ওাইহাক কপ্পবা তুংদা খল্লকই৹ মাগী মশাদা চৈনা কনখিবশিংহু হীগা য়ৈবীবা চুম্মী । ফুনাক্কী লৈতবনিনা মৈফু অতেকপা অমা লৈবন্থু ইমা বাবা উত্রা হাইফেং য়েংলগা য়েনখা-দগী লৌক্লরে । মশিগু ইম্মানা য়োংতেক থাংতেক য়োনবদা যাওরমদৌরবনি । থোইদোক্কা পৈশা ফংনবগী নণ্ডে, ইবানিগী দরকার লৈবশিদা যোম্নিংবনি । ইবানিগী লাইবক ফবা হায়বন্থুনি য়োংতেক লৌবা মীহুনা লৌখো য়াদে । মতমন্থুদা মৈফুশি শীজিম্নরিবনি । ইমানা পুথোকহল্লগা পীবদা হুপ হু মীম্নুংশি ফাওরমাল্লে৹ মৈফুশিমদি থনম্নগে হায় । ইমাদি লেম্নবু পুহম্নিংলমগনি । শীংতেক খরা হাপ্লগা মৈ থাগৎলে । পাত্র মচাদি লৈতবমিনা উয়ান ওইনরিবশিদা ঈশিং খরগা থুম খরগা হাপ্লগা মৈথক্তা থাঙৎলি । রানিতানা হংলকই—

"কৈদোদোইনো ?

—নঙোন্দা ইমানা যুখিবশিংহু হীগা য়ৈনবনি ।

—যৈত্রবগু যানি চাক থোংবহুম থেংনবনি ।

—হীগা যৈহৌত্রবদি হুযেং মুগুক মুনা খাম্নমগনি খজিক্ত ওইরবগু কাম্নবা য়ৈহৌ ।" শিংহু শেম্নগা ঐনা হংই—

"ঐনা লাকত্রিভৈদা ইমানা নশমদি ফোইখিত্রা ?" মহাক খুমদে; ওশাইমথৈ পুনশিনবা কাউরুরবা মশমন্থু চাউখোম খোমজিল্লগা

পুন্নল্লি। শম পুনবদা য়াওরকপা শম থরছু তাশিল্লগা মপান্দা লুংখোকই। অত্থুম খঙলে। মানা চংলকপদা ঐনা হংই—"নশম কয়া য়াম্নদি কোইগে?" মানা খুম্মিংদনা খুম্মী—"থরদি কোইগে; শমশিংছু মাঙোন্দা তারমখিনি; ওইথংবা নাকনশিগা লুখমগা হৌজিকশু চিক চিক লাওরি। শম পায়রগা থংচিং চিংবত্থুদা ঐ লোংনা হাইথরগা লুখমা খোংজিন্দা য়ৈবনি। ঙাইহাক্তৌ লৌশিং মাংলুরে; মতুংশু তৌশিন্নরিবনি। তাং হৈবীনি হায়ত্তুনা ফুবগা ঙাংবগা তৌরম্মী। ঐনা লৌশিং লাকপদা। হঙোয়দি হঙোয়রনি। মাঙোন্দা তাহৌবা শমশিংছু থরা খুন্দোকশীরুগেরা। ঐদি চংবা কিরে। হয়েং ফাংবা অশুম লৈরদি নশম খুন্দোকত্রিবা বিরিগনো হায়বশিনা রাহৌ ওইরগা ঐবু অমুক ফুবিরনি।
—ঐ খুন্দোকউগে।" থৌনা ফানা খুন্দোকউগেবুদি হায়রিঃ মানা কিবা পোক্লিবত্থুদগী ঐনা কিরিবশিনা পংতা তাবা নত্তে। কোন মঙ্গুংদা খুং থিংজিন্দুনা য়েংবদা লুমবুরপ্পা শারে। ঐনা হায়—"হীগাশি ঐনা য়ৈবা মুংঙাইত্রবশু নথন্তা য়ৈজৌঃ য়ৈহৌত্রবদি হয়েং পুম্মু মুনা শাম্নমগনি।" য়ানিংলত্থুনা কদি লৌরগা ফিবুল মচা অমা শেম্মীঃ অত্থুগা ফুখিবা মফমশিংত্থুদা হীগা য়ৈ। ঐনা হংই—"ঙশি ফুরিবশিদি করি বাহৌগীনো?" বাহংশি হংহন্নিংদেঃ খুমনিংদনা মানা হায—"হংলকঅন্নুদা।" চুম্মী। বাহৌত্থু হংদবনা অশিংবা ওইগনি। ইমানা মাবু ফুনিংলবা। চৈনিংলবা মরম অমা হেক্তা খোরকই। মৈনা খেংনবা পোং খুদিং চারুবা

হোৎনবগী মন্নমছু নৌনা হংকম থোক্তে। মাম্না হীগা ষৈন্নিবছু য়েংলগা ঐনা হংই—"করি য়েনশাং থোংজি? চাক্কু ঐ থোংবীরগে, নং হীগা য়ৈজস্নো।" ঐনা হায়রিবছুগী ওয়বদা মানা হংই—"চেংবু বায়কপ্রা?" চুম্মী, চেং বায়কদনিঃ ঙশাই অয়ুক চেং লোইরে হায়বনি। লম্বীদা ঐনা থল্লুবনা অতৈ অচা অথক, মানা চানিংবশিংছু মঙোন্না হংলগা লৈগে য়ুম য়োক্লগে থম্না লাকপনিঃ য়ুমদা তৌরমলিবছুনা ঐগী য়াখলবু থক্-থা ওয়হনখ্রে। ঐনা হংই— "নংনা চানিংবা অতৈদি করি লৈরকউগে?

—করিমত্তা চানিংদে, অমত্তা লৈবিরকয়ু।

—ঈমানা ফুবছুদা শাউছুনা হায়রিব্রা নংগী ছুবো?

—চানিংদছুনা তৌবনিদাঃ অবোক্না ফুবদি ঙশিগীছুনা অহানবত্ত নত্তে; মমাংদা ফুথিবছুদদি শাউথিত্রগা ঙশিগীনা কৈদৌবগী শাউদোইনো?

—অছুদি ঙশিশি চারা হেল্লশিন্না?

—ঐদি য়াইঃ নংদি থবক শুরুবনি, চারা হেনবা বায়োইত্রা?

হোরেল ছুম্বা য়ারোইনে।

—করিত্ত তৌরোইদা, ঙশিশে পুক ইথন থল্লি।

—মীগীদা চাক চারকপ্রা?

—চারক্কেদাঃ ফনা কুইরে, নং চাক চাদনা মীগীদা চাক চানবা য়াওদবা। নংত্ত থন্ডলবদাইনে।" মানা হংলিবশিংগী অচুম্বত্ত লৈ। ইবানিনা তোঙান চাবা কুইত্রিবৈংদনিঃ ঈমানা ঐবুদি থঙহন্দনা

ইমান্নবশিংদা শেল পীরগা নুমিদাং চাক চাননখি। ঐনা থেংনা হুগ্রকপদদি য়াম্নিতাহু চান্না হেন্নম্মী। হংবদদি চাক চারে খুম্মীং য়েনশাং মমিং কাওবা হায়। চাকখুমদদি চাক থোংবগী খুদম উদে। মহাক চারা যেন্নে হায়বশি ঐ খঙই। হাইফেং শাউনিংবগী মিহুন হুন্নকই। শাউনা চৈবি—

"নশানা চানবা চাক কাওবা থোংবা তন্নবদি ঐ কাওবা চাক পীজর কয়া তারেনে নংদি? হৌগংলু, হৌজিকমক চাক থোংলগা চাও।" মহাক হৌগংতে। ঐনা মথুং শায়বগা চিংগে তৌবদা তপ্পা হায—"চেং লৈতনা করম্না চাক থোংদোইনো?" চংশিন্দুনা য়েংলুবদা চেংফুদা চেং য়াওরমদে। ইমান্নবশিংগা হরাওনা, হাওনা চাখিবশিংহু ওথোক্লিংলকই। ওথোকে থম্না চৎপা হৌবকপদা মানা হংই—

"কদাই চৎতোইনো নুমিদাংশিদা? লৈকায়দগী চেংদি পুরুরগ্ন কনানগু পীবক্লরোই, ঐখোয়দা চেংগী, পৈশাগী মতেং পীদনবা মী খুদিংদা অবোক্না বাচৎলম্মী হায়।" ঐ শাউনিংলম্বদগী পেন্দবা, পুক্লিং নুংশিবা ফাওরকই; হংই—

"নঙোন্দা কনানদি হায়রকই?

—লৈকায়গী মী ২,৩ গুরে হায়রক্লিবা।" ঐ ঙাইহাক্তী উংহুনা লৈং মানা হায—

"চারা অমথক হেনববু কৈদৌয়েগে, অমা অমদা চৎলগা চেং পুরুবা হায়বহু মীঙোন্দা অবোকখোয়বু য়োনবা কৌই, তৌগুমশি।" ঐহাক চেং পুরোই হায়বগী থাজবা পীরগা থোরকই।

পুক্নি মপানগী নৈপন মরাদা কমলগা থরাওদা খুদোম্বী থিংজিন্দুনা চাখিবশিংত্থু ওখোকই। ম্যাতনা চান্না হেনবা য়াত্রা ? ইবানিত্ত লৈমিন্নবনি॰ ইবানিমক মান্নগদবনি ।

মুম্মিদাং অমগু চেং চাক লৈহৌই থন্দুনা চাক চানবা য়াওই । মতুমগু ইমাগী খুশিন ওইরম্মী । হুম্রকপদদি রানিতাম্থু চান্না হেলম্মী; ঐনা চৈরি —"ওম্বোক্লা তনগ্রবোইদকো নংশে ? ঐ য়াওদে হায়ত্থুনা চাক থোংত্রবদি ঐশে নোং কাদোক ইমান্নব-শিংগা চাক চামিন্নবা য়াত্রেনে ? নংশিদি অঙকপা মুপীনি ।

—ঐগু ঙক্লিবনি॰ নংনা লৈরিঙৈদা চেংফুদা চেং য়াওই; ইতোমত্তা ঙাইরবা তাল্লক্তনা চেংত্থু মাংই ।" মাগী ৱাত্থুদা ঐ চংশিল্লগা চেংফু মখুম হাংই । চেং য়াওদবত্থু উরে । রানিতাবু চান্না হেলহন্দুনা মাগী থবায়বু অম্বাবা পীনবনি হায়বশি ময়েক শেংলকই । নোংমগুনি; ঐনা থম্না থেংনা থবক গুফমদগী হল্লকই । খুৎনা চেং মনা-মশিং য়াওবা খাও অমা পায় । থেংলবনিনা খোঙথাংগু কল্লি । ইমাখোয়গী মনিংথোং মপা য়ৌবদা হান্না ঙাইরম্বগুম ইমানা থাওমৈ পোদোন অমা পায়রগা মনিংথোংদগী হায়রকই— "ওম্বোক্লা থেংনা হল্লকইদকো মুপামচা ?

—করক তাত্থুনা থরা থেংগ্রে ইমা ।" খোঙথাং লকক তৌই । ইমানা পম্বদনা হায়—"নং ইমুংদা অমুক্তা চংলকউ ।" ঐ খাই লাওই; তপ্পা হায়—"পোংশি থমলুখিগে; অতুগা লাক্কে ইমা ।

—হান্না ইমুংদা চংলুখিশি; নংগী পোৎতু ইমা লৌরোই মুংশা থিম্নু ।" ঐ ইমাগী ৱাদা য়াদবা ঙমদে । মশিনি হায়ত্থুনা

পোৎশক ওইনা উৎপদি ওমদে; ঐ ইমাবু কিবশি চাংদম্নকম থওদে। মী থম্ননা কৈ কি মী থম্ননদি হুইবু কি; হুই কিবা মীশিংহুগী মকমদদি হুইনা কৈদগী হেন্না শাথিরম্বা য়াই। ঐ ইমাগী মচুং ইন্দুনা মনিংথোংদা চংলে। ইমানা মনিংথোংহু ওপ্পা লোনশিল্লগা ওপ্পা হায়—

"নপানা চানিংই হায়হুনা ওশাই ও। কৈরকই; নথোয়বুও পীজনিংইনে ইমাহোইনা পীববুদি ওশাইও পীথিবনি মহুনা নবানি চাবদি য়ায়া থুংনরয়োই, বহুনা য়ানিতানা চারশমু, মাও চারম্বা য়ায়ে, চাক লোইথিবা য়ায়া কুইরে। নংদি শিদা চারো, লাকও নথুৎ নশা হায়রো।" ঐ হায়। চাক লায়ম্বা, ও। থোংবগী মহাও থুদক্তা মাংথিবগুম তৌই। অওমমক লেপ্পী, থুত্তগী থাওহু ফাওবা লৈবাক্তা থমদে। ইমানা থোল য়াক্লপ্পা হায়—

"ওশিশিদা নংনা চাকশি হেক চাম্রবা নমা নপা হাৎপা শকউ।"

ঐনা মপোক থীবা ওইবনরা অপোকপী, ইমানা অওম্না হায়রিবশিবো। ঐহাক লেপ্পা ওমত্রবা মীওম্না ফম্মী, থুত্তগী থাওহু ইশাদা ওাশিল্লি। ইমানা থুমোক্লা উপশিল্লম্বা চাক য়েনশাংগী পুথম তেঙ্গোৎতু ইমাংদা থমলৈ। ঔশিং গ্লাশও থম্মী। অতুক কুইনা চাবদা লোইনমক হাওথিবা ইমাগী ও। থোংবনি, ওশিদি ইয়াক য়াকপগুম ওাগী মহাও য়াওত্রবগুম তৌই। কুম লায়নানা নারবা মীনা চাবা য়াদবগুম হুক্লিবা চথোমহু ফাওবা শায়বদা তোইত্রে; য়োংশিনবও য়াত্রে। ইমানা পোদোন্দু থাঙ্গৎতুনা ঐগী থাওদা য়াওম্নিবশিংহু য়েংই, হায়রকই—

"হেক্সাং কৌরিত্ত ঙ্কমর্ল য়াজদবা চেং, মনা মশিং থম্নশি ওইরেকো নংনা মমা ঐবু উহৃম্নিংদহনা কোংলিবশে।, ইহেং পোদোনশি তাশিজেনহৈ।" ইমাগী খুত্তা পায়রিবা পোদোন্দু য়ানিত্তা ইবানিনী থত্তয়গ্নবা চেং মনা মশিংত্তুগী মথক্তা তাশিনখ্রে। লৌথংপত্ত তৌদে। ঐ ক্ষুক হৌগংলি। য়েংলু-ত্রবত্ত থডই, পোংশিংত্থ কেন্নোশিন মনম নম্নমগনি। মুমিদাং-শিমা চান্না হেনবতা নত্তনা হয়েং অয়ুকত্ত হেবা তারবা? চাবা য়ারেক্কোইন্নবা পোংশিংত্থ তপ্না পায়থংলগা ঐ থোরকই। ইমানা ঐগী খুং পায়রগা হায়— "হাই, চাকশি লোইনবা চাংথা, নংগী লুখাকশি, কনানা চাবিগনি হায়ত্থনা লেমহন্নিবনো? মাংহনবা পাম্মুই।" ঐ চংপা লেপ্তে, ফাত্ত তাংদে। ইমাগী কাদা থওইদবশিদা শাউনিংনা ইমানা খুত্তগী থাওত্থ মুনবদা লৈবাক্তা তারে, চেং মমা মশিং থরত্ত চায়থাইরে, । ওশি ইমাগী চাক য়েনশাংশিংবু ঐথক্তমা চাদবা য়াত্রবরা? হুই হৌদোং শনদা পীঙ্কবদা মহৈ ওঙ্কনা ফংগদবা লৈবা ফাংলা? চিংনিংডাই ওইরবা রাকমশি মথা তানা থলুত্রে, কেন্নোশিম মনম নমলবা, অমোংপা মফমদা তারিবা চেং মনা মশিংত্থ তাশিল্লগা থাওদা হাপচিল্লে। হয়েং অয়ুক ফাওবদি চেং মনা মশিংশি মাংদা থম্নগা ইবানি কপমিন্নবা তারেদকো।

অত্তম থল্লুরগা মাবু হেম্না হুংশিরকই, ঐ মত্রগা মাগী লাইবকশি অমমা থজিত্তং হেম্না ফবা য়াওদে। ঙশিনা ঙশি ওইরবত্ত হুয়েংদগীদি ঐগী মানিত্তাবু লৈমন্নেন্দ্রীত্তম থম্নবা শিল্লগে

হায়বশি মমাংদা কয়ারক থনগ্রবনি । খঙদে, করম্বা মুমিত্তা ঐগী বাখলশি তাইবংদা কাওদৌরিবা । অহিংবা কীবশিংনা থাজনরিবা, থবায়শিংগী অয়োইবা পম্বংকমদা ইবানিগী থবায়না লৈরবা মতমমতুদা মা ঐগী পুনশিগু অয়েংপা থুয়ৌ থাংদবা হায়বতু ওইদৌরিব্রা ? মশি খোঙ্কবদি শিনবা ঐহাক্না ঙমগনিং চিংনরিবদি ইংখোল কোইথা মী অমদি ওইরগা খাছৌ কনা হোৎহনবা ওমজ্রবা মনা মশিংতু হুক্কোক্নুনা মাংহনবগশিবু মানিত্তানা য়ানিংলমগদ্রা ? হায়না ঙাংনখিবতুগী ওয়বদা ঐনা হংই—"ইবানিনা হৌজিক কাওবা হিংলিবশিবু কয়গীনো ?" মহাক থয়। ওক্রমাক্লে ঐঙোন্দা য়েংলকই । ঐনা অমুকতু হংই—"অওবা মীওং মীনৈ কয়াশি থাংহনা ইবানিবু কয়াম কুইনা হিংখিদোই-নো ?" মহাক্না তপনা হায় —"অহলশিংনা চানবীগ্নিফাওবদি থাংখিবা তাৱেদনা ।

—অতুবু কৈদৌঙৈ ফাওবনো ?

—অতুদি অবোক ইকুবোক্তা হংদোনি । থাংবা মারগনা মখোয়গী মনাক্তগী চংখিবা তাইদনা ।" বাকমশি তেনশিনহুনা হায় —"মশিগী বাশি মথা তানা ঙাংনরগুমশিং ঐখোয়গীগু নোকচবা ফংবা মতম লাকখিগনি । অহল অমা ওইনা মখোয়গীগু মচা মচৌ মুংশিবগী থম্মোইতু করিগী লৈরমলোইদ্রগে ? মীওইবনা মীচুংশিগী থম্মোই লৈতবা হৌনদে । য়াম্না হকচিমতু থম্মোইশি । পোৎ লৈবা হায়বতু চংশীনো, খেংগ্রবদি হকান খিংগনি ।" মা মথা তায়মদনা থাঙ অমা পুরগা ঐ খোয়কই । পুনশিগী

অশোনবা লাপ্পী ইবানিনা করপ্পা মফমদনো পুনশিলান থেংনগদবা ? মপাম মায়কৈ থিংগ্রবী মহাক. ইমা ইপাগী থৌজাল ফংত্রবা ঐ. কয়াম শাংনা খুৎশমহনা চৎকদৌরিবা ? অশুম লৈরে ইমাগী লান. বাবাগী অরোনবা লানওং মরকশিদা হিংবা অয়াইবদি নত্তে। হৌজিকশু হিংনবগী মচাক লৈবা চৎলিঃ অতুবু লৈরুরবশু চাবা ফংদবা য়ারিবনি। নোংমা সুমিদাং অমশু ওশিগী অশুম্না ঐহাক হুকান্দা থুম থাও লৈবা চৎলি। য়ানিতানা চাক থোংনবা থৌরাংহৌই। ঐনা হল্লকপদদি মহাক কপতুনা লৈরম্মী। মতুগী মরমদি অতৈ অমগী নৎলমদে কোন মরাং কাইদবনা সুমিদাং ওইরবশু চেং চাম্বা. য়েনশাং চাম্বা, ঈশিং শোকপা পুম্নমকশি পুথ্রিদা থাওমৈ পুরগা তৌই। মশিগী খুদোংচাবশি লোয়গা বাবানা য়ানিতাবু পুথ্রিদগী ঙা ফাই হাযহনা অথীবা মীচৈনা ঙাংই। মপামদা পীনবা ঙারা ফাওবা হায়। বাবাগী চৈরাক্তগী নাঙ্গোরক্লগা ইমুংদা চংলুবদদি চাক থোংনবা ৱাইনমগী মথক্তা থাঙ্গৎলম্বা চফুহ ৱাইনমদা উপশিন্দুনা লৈরম্মী। চফুদগী হৈদোরকপা ঈশিংনা মনাক্তু ইচোৎ চোৎলম্মী। অতুদশু নত্তনা মপান্দা থম্বা ৱাই বোরাহুশু লৈরম্দে। চাক থোংনবা শীং লৈতবনা সুমিদাংহুমদি চারা ছেনথি। অহিংদা পুক লাম্বহ থাংবা বাবদগী ঐহাক্লা চেংজামুক্তগী চেং অচাম্বহ খুয়া ৪. ৫ চাথিবনি।

থৌদোকশিংশি থেংননবগীরা মাবু সুমিৎতুদা ঐনা নম হাহনা পুথিরকথিবদো ? হয়েং তুংদা ইবানিগী য়ুম্বান সুংঙাইবা

ওইরোই হায়বশি খঙলহুনা মাদি য়াজখিদবনি। শিবা চংবা অনিনা তোর্ব্বান ওইরগা চেস্থখিবা ইবানিগী মুংশি ঈচেলনিং খাংউথক্না ঈচেল কয়়া কংলুপদগে? অখিংবা অয়েৎপা হেয়া লৈরগা ঈচেল কনবা মুংশিবনি। য়ানিতানা ঐগা উনদনবা হোৎনজরবশু মাতবু উননবা ঙাইরিবা ঐঙোম্দগী নাথৈবা ওইথোকখিদে। মুমিৎতু মথোয় লৈকায়দা মমায়বী অমগী মপাম চাক্লৌই। মমায়বীশিংগা ঈশিং শোকপা থোরকপদা মাবু খাম্মী— "নং অমুক্তা ঙাইথোনা।" মহাক লৈহৌনিংদবগুম্না মমায়বীশিংঙুগী মতুংদা তপ্পম্না চৎলি। মমায়বীশিংঙুশু ইবানিগী হৌজিক ওইরিবা মরীশি খঙবনা মাবু খনম্মী; মানা পায়রকপা তেক্ত মমায়বী অমনা পুন্নীখি। ঐনা হংই—"পাও অহুক য়ায়া চেনশ্রগা থোরকক্রিবা করিগীনো?

—ইবানি হেক উম্নবদা ইমা ইপানা ঐবু কুয়াও হংলাক চন্দুনা থমগনি হায়বশি তাদ্রিব্রা?

—মহুদি নংত নক্তে ঐগুনিং নথোয়রোমদা চৎপগী পাওশি বাবানা তারবদি মুমিৎশিমা ঐবু চাক পীজররোই; মতুং মুমিৎ ৪,৫ নি ফাওবা কাদগী মপান থোকহনলোইদৌরিবনি।

—ফিভমশিদা ইবানি উনবগী করি মুংঙাইনিংঙাই ওইরিবগে?

থোঙ খুত্তা য়োৎলো কোলহৌনা পুন্দবতনি পুনবনা হেন্নহুম নিংতম্নমগনি।

—নংগীশিবু নবুক্লিং শোম্বরহুনা মুংশিববু নাথৈরমগদৌরিব্রা?

—মহুদি মশানা তাজরবা নত্রনে? মশি হায়হুনশু ঐগী ইরাদদি লৈতবনিকো।

—ঐগু লাক্পে, খল্লি লাক্পবা ঐঙোন্দা নংনা কায়না মৈতাক পীরমগদৌরিবছুদি চুমলিব্রা ?

—অচুম অরান থিকহনা কৈদৌনি ? ইবানিনা হিংলিবা তাইবং-শিবু অচুম্বগী তাইবংমুরা ? কন্নিগুম্বা ওইরম্বদি অহল মশেল য়েংখিনবগী মৈরিনা ইবানিদা মৈশা লাংহনকম থোকপ্রা ?" লেপতুনা মৈলিংদবগুম থাংনিংদনা খোঙথাং ২, ৩ থাংই । নাকেন্থাদা কেনবা, য়েনিংথাদা অমুক মযোল চোংবা উনাগী পুনশিন্থ মুংশিনবদা য়াদে; ঐনা মাংদা থৎলগা হায়—"ইবানি খোৌনা ফশি, খোৌনা লিংজেল কন্নবদি অহল মশেলনা মীগী তোংকীদমক শাউনবগী মৈরিন্থ মচা ওইবা ইবানিদা তাহন্নবা হোৎনবন্থ ঐখোয়না কন্নিগী য়াদৌইম্রো ?

—ইবানিদি অহলশিংগী মীৎয়েং মখাদা হিংলিবা মচাশিংনি । মখোয়গী থারম্লোক্পা লেপন্থ হয়েং তুংদা অহল মশেল ইবানিগা অহলশিংগশু হেন্না য়েক্করকনি ।

—মুংশিনবদা থবায় মাংবদি অথোইবনি হায়নন্নিবশি ইবানিনা লাললহনবা তারিব্রা ?

—অহুগুম্বা বাঙাংহনা ঐগী পুক্নিংবু মুংশিহনবীরম্ন কৈদৌবগে; হয়েং মতম অমদা ঐঙোন্দা তারগদবা অরা অনাহুগীগু খরা খনবীযু । নং শাউনু, ইবানি নকশিন্নরগুমশি । মশি কয়ারক খল্লবগী তুংদা হায়রবনি । নংগী রাখলদা ঐশে শিব্রে খন্নো ।" অকোনবগী রাহৈশিংশি হায়বদা মহাক মচীনবান নিকই । ঐনা হংই—"নংগী রাখলদা ঐহাকশি শিগ্রবনি হায়না খনবা জারা ?

—অমদে; পুন্নশিংশিংমগীদি ওৎত্রোইদবনি; নংদি অমবা হোৎংলৌ।
—ঐ ভমগনি, নংনা ঐগী মাংদা কনকহনগে। মত্তাংগুম অতোপ্পা মুন্যাপা অৎচোংথবা মতমদুদা, ঐহাক; অতাইফদবা নংনা পাম্বীরবা মুপানি খন্দুনা থম্মোইশি য়ারকচগে।" রানিতানা ঐগী চীন মেল্লগা হায়— "মুংশি লম্বীদা নংগা চংমিন্নমিবী ঐগী থম্মোইদা কায়না মৈচাক ফাওরোই খল্লিব্রা? মুপী ওইবী ঐগী থম্মোইনা নংগা কায়নবদা কপকদবতু মুপা ওইবা নংনদি থওলমদবা য়াই। থম্মোইদা কপ্পগা চীনবান্দনা নোকপা করিগুম্বদা য়াওপ্রবদি ঐঙোন্দা অমুক হন্না মৈচাক হাপ্পমোইদবনি।" অশুম লৈরবদি খুদোংথীবা য়াই খল্লদুনা, ময়ুমলোমদা অমুক য়েং, মমাম্মবীশিংনা চংখিবা মায়কৈদা অমুক য়েংলগা হায়—"নং হুনপ্রে"; ঐশু চংলগে, ইমাম্মবীশিংনা ভাইরম্লনি।" মহাক চংকে তৌই; ঐনা মাগী মথুং ফারগা হায "নংশিবু ঐগীদমক য়াম্না থাজরম্বদাই; ওশিদি মীহাংপী ওল্লগরা?" মহাক থুম্বগী মহুত্তা নীংভমদবা মীংয়েং য়েংলকই। ঐনা হায়—"ঐগী মাহংগী পাউথুমদু য়েংলিবা মীংয়েংদুনা ওইহনগনু। হৌজিক নংনা, মংশি শিগ্রবগুম্না ঐবু খল্লো হায়মদাই? নংগী নহুংতা ঐ ওইনা শিরগে। চংলো, খুইদগী মহু কনবা হু অমা লৌথোকউচো, ঐ মকমশিমক্তদা নংবু ভাইরমগে, নখুংমক্কা ঐবু পীথকউ।" মহাক কপ্লে। মতমশিদা চাকৌরিবী মুপীহু মাগী কাংবুগা লাকই। মথোয়দুনা উদম্নবা ওইবা তাই, তারক্লিবা পীহু ভৈথোক্লগা ইল্লিবা ফিনা মমাম্মহু খুমজিল্লি। মমাম্মহু হেৎজোপ্রক্কা, হাম্মলিংদনা মানা হায়—
"নহাক চংলো, অউবা অঙাং কনাগুম্বনা য়ুমদা পাও তমথনি,

ঐবু কুরাও হংলাক চন্দুনা থম্লনি। শাগেগী মুপা মরাম খোরক্লগা নংবুশু কুরবা যাই।

—নখোয়গী শাগে চাউই, মুপা য়াম্মী হাযতুনা মুংশিবদা মীরাইবদি ঐ ওয়োই; ঐবু ফুশনু নপ্রগা হাংশনু মহুম্না তৌরগা মখোয়গী অপেনবা ওইবদি য়াই, ঐঙোন্দদি নংবু হেন্না মুংশিবগী ঈচেল চেল্লকনি।

—ঐনা নংবু চংহম্লিংবদি নঙোন্দা অশোক অপন নংদনবনি। ঙশি ফাওবদা ওইরিবা ইবানিগী লাইবকশিদা করি অফ মুংঙাই থেংনরিবগে? ইবানিদি হিংলি হাযবতনি অশিবগী থরায়তুনা হেন্না নীংতমলবনি।" ঐ বা মথা তাদ্রে থুং থংলগা লাকমিন্নবা ইমান্নবত্ত কৌশিল্লে। ইমান্নবতুনা ইনাক্তা গাডীতু থোজিল্লক্লগা হাট মুংথংতনা থাম্মী। ঐশু বা অমত্তু ঙাংদনা ফম্মী। চংকদোবগী গীযাব পাল্লে। মহাক থরা ওক্লমগদবা মাল্লি, ঐনা বাহৈ অমত্তা হাযদনা চংকদবশিদা। ঐঙোন্দগী বাহৈ তারবোই থল্লতুনা, মমান্নবীশিংনা চংখিবা মায়কৈদা চংনবা মায় লৈথোরকপতুদা ঐনা মথুং পাযরগা রানিতাহু চিংশিল্লি; ঐ অমগুং ইমান্নবতুগী মবক্তা ফমহল্লি। বা ঙাংবা য়াদনবা মচৌন্দু থুং ওইনানা মেনশিনবী। মানা হেক ফম্বগা গাডীতু থোই।

মুমিদাংগী পুং মাপনমুক তাবদা ইবানি ঐথোয যুমদা চংই। ইবানিদি চংনিংদবনি; ইমা বাবাগী পুকচেল, থম্মোই ঐ খঙই। ইমান্নবশিংনা কন্না তকশিনবতুদা চরাং খোইবাংনরবা রাখল,

লাংতক্লবা থম্মোইশিনা য়ুমদা লৈবনা চুম্মি থল্লুবতনি। য়ুম য়োরগা ঐগী কাদা ইবানিমক লেপতুনা লৈ; কমজবা কাওবা ওমদে। ইমানা কি অঙৌবনা কুপ্পা পুথম তেঙ্গোৎ পুরক্লগা ইবানিগী মাংদা থম্মী। ইমানা হায়—"নবানিমক পুথম মনাক্তা কম্মু।" ইবানি কিবদগী কমদে। অম্মুক হায়রকপদা ঐ কমলে; মাবুগু মথুৎ পায়রগা চিংহুনা কমহল্লি। কমদবগীগু তোঙানবা চৈরাক লাকপা য়াই। ইমানা অমুক হায়রকই—"পুথম তেঙ্গোৎতগীদু নবানি হৌজিকমক চাগদবনি।" কিরপ্পা কুপলিবা ফিতু হাংদোকপদা উরকই, চাক্কী মহুৎ শিন্দুনা য়াওরিবহু রাইনি; তেঙ্গোৎতা য়াওরিবহুনা ঈশিংদা মৈতাল থাদবনি। ফিবমশি মঙদা থোক্লবগু থবায়শি অগুক বারমলোই। ইমাগী চৈরাক মথা তারকই, থোঞ্জেল য়াকপগু হেঞ্জিল্লকই—"মহু চাবা ঙম্মোইদবা ওইরবদি নবানি কাযনবা তাই, কায়নবা ঙম্মোইদবা ওইরগনা নবানিমক হিংনা মৈ থাগনি।" তাঞ্জাশিদা ঐখোয়বু থিল্লকপা ইমাখোয়না থেম্নগা ঐখোয়বু য়ানবা পুরকখিবা ইমাম্নবশিংহুনা অতোপ্পা কাদগী থোং হাংনবা লাউরকই। মখোয়হু ইবানিগী মীচং চংদনবা বাবানা কাদা শো লোনশিল্লগা থম্মমগনি। বাবানা চংশিল্লক্লগা শাউনা হায়—"থোনা কবা মচাশা, পুথম তেঙ্গোৎতগীহু নখোয়গীদি মতিক চপ চারবা চীঞ্জাকনি; মহু লোইনবা চাত্রবদি নবানিমক হিংগনি থল্লুরম্মু।" কিবা, শাউনিংবনা লাহুৎতুনা তেঙ্গোৎতগী মৈতালগা ঈশিংগহু রাই মথক্তা হৈজিল্লগা ঐনা চায়। মাগু ঐঙোম্দগী হেন্না

থৈনিংনা চারকই। অতুমু ইমা বাবাগী শম্মোইদি পেন্ত্রিমাক্লে-রানিতাগী খুং পায়রগা ইমানা চিংথংলি ঙাংঙু ঙাংই—"নংনা খোকহন্নিবা ঙাক্তনি, নং শিরগত্তা কগদবনি।" বাবাশু রাপ্যাংলকই—"মশা শাগন্দু লাক্লুনা চিংউ, চরু ইকু মরক্তা ফুমগা মৈ থাশি।" ইমানা রানিতাবু মপান্দা চিংথোকখ্রে। ঐ কুক হৌগংলি। বাবানা ঐবু মুক্তাগী খুরো লৌরগা নমহুনা থম্মী। হুকচাংগী পাক্তন্দা ঐনা হেনবনিনা কুইনা নথা ঙমদে। বাবাবু ইথোক্লগা রানিতাগী মনাক্তা চেন্নী। থোং লোনশিন্দুনা থম্বা ইমান্নবশিংহুশু থোং কাওথায়রগা থোরক্লে। রানিতাদু চরু ইকু মরক্তা নমশিন্দুনা থম্নগা ইমানা মৈখেৎ খেৎলম্মী। ইমান্নবা অমনা ইমাবু চিংথোক্লগা, মচানা তাবদ মুংঙাইত্রবা রাঙাং রাতা কয়া ঙাংই। রানিতাদি ঐনা চিংখংপিরে। মহাকশু বপ্লহুনা ঐগী ভোন্দা ঙাশিল্লকই। ইমান্নবশিংহুনা চৎলম-দাইদা তাশিমগা হায়—"মথোয় অনিদা ফত্ত মুংদা অমত্তং হেক থোকহনবদা অহলশিংদি হিংগ্রে খল্লো, নচা নমৌদা অতুক তমথীবা শাজৎ চৎলিবা, ঐথোয়বুশু অপংবা শিরিবশিগী মতিক চাবা থবক তৌবহু য়াবনি; ইমান্নবশিগী মায় য়েংলগা ঙশিগীদি তৌরম্মরোই। মীমুংশি চেন্দ্রনা থম্মোইহুনা শারমচৎ চৎপগী পাও তারবদি ঐথোয় অমুক হম্মা লাকনি।" ঐথোয়দা মহুদগী তরানিমুক্তি করিমত্তা থোকত্রে। নোংঙানবগা ভোঙানশু চারে অহুমকপু, ইকুই কুইদনা ওৎ নৈবা, ফু চৈবা হৌরক্লুনা ঙশি ফাওবা লেপত্রি। কুইবগা ফরকদবশু মান্দে। ইমান্নবশিংহুশু

কনা কন্না মায়োক স্নাবিরম্বনি। মখোয়গী অহলশিংদা ইমানা চংলগা—"মচাশিংহু বান্নকউ যুমগী থবক তৌবনু; অওং-অপা শাহনা মীগী ইমুংদা পুংখিংজিলহনগনু।" হায়বদগী মখোয়গী অহলশিংনা লাকহনখিত্রে। থাও কংশিন্নক্রবা থাওমৈগী মৈন্নীনা অতুম অতুম মুথন্নকপগুম, হিংনবগী লান, ইমা বাবাগী লান অনিশিগী মরক্তা হিংলিবা ঐহাকশে পাজন থৌনা ফুদোকপা ঙমত্রে। ঐখোয়না বানা হিংবশি উন্নগা ইমা বাবাদি পেন্নমগনি ঙশিদগীদি মথা তানা কন্নক পেলহন্নরোই।

হুমিদাংশিমা কোইচং চংলুরে, হুমিদাংশিগীতমক অচা অথক লৈরে। মতম থরগী মমাংদা বনধান থমখিবা ঘড়ীহুগু হন্নোকলুরে। ঘড়ীহুগী কান্নবা ঐঙোন্দদি লৈত্রবনি, হন্নোকলুদবদি য়াদে। ইমা বাবানা লৈবিখিবনি, লাইরিক তম্নিঙৈদা। বনধান থমত্রে খঙলহনা ইমানা ঙরাংদি ঘড়ীহু পীন্নো হায়। ঐবু য়োকপী থাকপীরকপগী মমলদি পীবা ঙমত্রবগু ঘড়ীশিমদি পীন্নমগে। যুম য়ৌন্নে, ঐখোয়গী ইমুংদা চংদনা ফুরিংখাওদগী ঘড়ীহু লৌথোক্লগা ইমাখোয়গী, মমাংথোংগী থোংজিন মপান্দা থম্মী। ইমা হৌদোক্লগা পীবগী থৌনাদি লৈতে। ঐনা ইমুং চংখিবদা, রানিতাহু ফুরিং লৌথোক্লগা মনগন্দা হীগা য়ৈন্নম্মী। ফি মতেক অমা ইনশিন্নগা হংই—"হুকান অনকপশি থোং লোন্নম্নরা? —লোন্নমদে, ঐনা ঙাইহাক কুইরিশিদি অতৈ থবক চংলুবননি।" পুন্নকপা পোৎশিংহু থম্নগা মথা তাই —"হীগাহু থন্না মুন্না য়ৈখুং হয়েং মীনা উন্নগা ফু-চৈবিন্নে থঙখিনি। ইকাইজেকো।

লুখ্রাংলৈগী মমিং 'অমিংচু' পীরা' খলে, দাইহিরি মথক্তা মরিক ৫.৬৩ তারে। থমোইদি শোক্লবা থাজীশিনবা মায়তেম্মা মুখকপগা লৈনরিবা মরমচুদি থৌজিকপু থক্তত্রি। মায়তেম্দা হংনিংই, মায়তেম্দি খায় নৌহচুনা খল্লি, অমুক্তা হন্নি, হংমবগী তাঙ্গা থংদে। অতুবা ইরিক্তৌবা ফনা লুখা খবকী দরকার লৈরবত্ত, ভিরবা মী লাক্লবত্ত ইমুংনী কী অমত্তবা মত্তোম্বা অয়েংপা পীদে। মায়তেম্মা হৌগংলকপা ঙাইগনি। কাইনথংদা খাম্লিবা থাওমৈচু থাও কংশিল্লবারে মমশিল্লই। তম্মা য়াবমখৈ তপ্না হোৎনরগা থাও অযাওবা থাওমৈগী ওৎহোকনৈ। হৌগং-লক্লদবা মতাংগা চানক্লত্রা মায়তেম্দু ইবা লেপ্লগা হৌগৎলকই, চে কলমচু লোইশিন্ত্রি। লুখ্রাংলৈনা হংই—"ইবা কায়হল্লত্রা?

—লোইরমজাংনি, নং তুমদ্রিবরা?

—তুমদ্রি, ঙসমখিনিদা।

—পুং কযামুক্তী তারম্নি, অমুক্তা য়েংলক্কেরা?

—অমা থরা হেল্লে।" ফক্লাংদা থেংজিবা ঘড়ীদা য়েংলগা খুম্মী। অকাকপা দাইরিচু উৎলগা হংই—"ইরিবশিগী মথাদি! —মশি হংনবগী নং তুমদনা ঙাইরম্বিবনিনে?

—লাইবক থীবীচুদা তাখিরা অরাবশিংচু খল্লুবগা তুম্নিংবা ফাওদে।

—মতুং তারকপগী বারীচু লিরকে তাও।" চৌকিদা ফমগা লিরকই।

মায়তেম্মা পাওচু হেক তাবগা মচেগী মুমদা চৎলি।

মানা য়োৌখিরদা লৈকায়গী নহারোল থরগা৹ মচেগী মরীদগী মাম্মা মনে থোকপহৃগা মরৈ য়েংননরগী। মনেনা শিখাং খাংই —"মী অনিগী কু চন্নবা উপাক লৈজে৹ পোংলোইনবা শিং লৈবা ঙম্লোই। ইচাগী কাওবা কদাম্ননো খল্লিজৈশিদা মীশিং চাদবা মীচাবোকীদমক ঐখোয় খোৌয়েতবা শাবা ঙম্মোই।" নহা অমনা হায়—"হিংলিজৈদা ওং নৈবা পেলহৌত্রহনা হৌজিক শিরগঙু ওংখিগে হায়রিব্রা?" অমনা মখা তারকই—"নচা নমৌশি নখোয়না ইম্বোক্কুনা থম্লবনি৹ নখোয়গী হক কল্লিমত্তা লৈত্রবনি। মবানিমক পুম্না কু অমদা পোংলোইগনিঃ ঐখোয়না খোকপা ফনবা শীনগনি। করিগুম্বা ঐখোয়না হায়বশিদা য়াত্রবদি৹ অহল অনিমক মীহাংপনি হায়দুনা পুলিশতা তাকনি।" মখা তানখিত্রে। মরৈ য়েংনফম ওইরিবা হকচাংশিংদু শং মঙ্গংদা চংলগা অরোইবা ওইনা অমুক্কুংদি মায়তেন্দু য়েংনিংবনি। য়েংগে থম্না শংলোমদা চংই। খোঙকাপ ২৹ ৩ চৎলগা লোপ্লঃ হৌজিক মনেনা ঙাং শকখিবহৃদা মহাক অকিবা পোক্লে। মতৌত্নদা লৈকায়গী অহল অমনা মুংশিবীহুনা চংনবা হায়বিরকই। ময়ুম পানখিজৈদগী নোংমতংদি লাইরদনা মীৎকুপ অমতংদশু ৎপামদা খোঙদাবা ফংজখিত্রবী৹ মপামগী মীশিংগা রাহে অমা অনি দশু পুকমেন পা ৫মেম্নবা ফংজখিত্রবী মচে; মরী মতা অমা ওইনা কৌবা ফংজ্রবা মবাই অনিগী, ঙাইহাকী তুংদা কূগী লৈতেং ওইরগদবা হকচাং অনিহু অঙৌবা ফিনা কুপ্পগা লা মথক্তা লফু মতুপ মোনখাংনরগা য়েং এই হিপ্পম্বত্ন উবদা মায়তেন্দু

শাংবা য়াত্রে, খোল্লেল খোক্লা কপ্লে । অশিঙুম্বা নীংঙমদবা খৌদোকশি মচে মবাইদা খোকহল্লম্বগী মহুৎতা মঙোম্বা ওইনা খোকহল্লম্বা য়াত্রবরা হায়বগী নোংঙম্ববু মপুক্লিংদা য়ারোই ।

অরা অনা, মীওং মীনৈ কয়াগী শাগফম ওইরবা হকচাং অনিহু পুম্না মংফম অমদা পোৎলোইরকই । মায়তেন্দি মচি অমদা মথন্ত ফম্নগা হকচাং অনিহুবু থারিবা মৈহুদগী অমত্তা ওইনা চুমত্রিং কারক্লিবা মৈখুহু মীৎ কুপ্তনা য়েংলি । লৈকায়হুগী মমামবা অমনা মবাইগী দাইরিহু পীরকই । মারক্তেম্না হনগৎনা য়েংলগা লৌশিল্লিং অহুগা পারকই । পোৎলোইবগী মৈম্রি কনখৎলকই, মাগী থম্মোই মৈচাকশু হেনগৎলকই । তায়নফম খঙত্রেমাল্লে, পোৎলোইবা য়াওবা মী থরনা মচি মরুম অমদা য়ু থাক্লিবা অদোমদা চংশিল্লি । মাগী শকফমহু উবদা লৈরম্বা মাঙইশিংহুনা য়ু থকপা তোকহনগদবশুম থম্নে । মায়তেন্দি ইপন পন্দনা চংশিল্লগা য়ু থরা য়াম্না য়াওবা প্লাষ্টিক থাও অমা পায়থৎলি । থাওহুগী মনিংহু য়ানা চিকথৎলগা লোইনা থকই । মীনা হায়নবদা য়ু ঙাওরবদি করিমত্তা নীংশিংদে হায়বশি অচুম্বনি খল্লুবনি ; ময়ামহুদি মাঙোন্দা ঙক্লা য়েংলি । হাম্না অমুক্তশু য়ু থক্লবা মায়তেন্দু মতেক থরা চৎলগা তুরে ।

মথংগী হুমিং তরানিমুক্তশু ঙাওহুনা তুত্রিফাওবা য়ু থকই । মরক মরক্তশু লাওই— "পেল্লো, নখোয় পেল্লো; মীনা ভোৎ লেপ্লগা নশিংথা ফুদোক্লহুনা য়েংখিনবা ঙম্বা মমা মপাশা নখোয় কলক পেল্লোকো । নখোয়না নথৌ লৈতনা খৎনজরগা নচা

নচা শিরেদনাঃ হৌজিক্তী ননিং থুংলৈনিনে মীহাৎপশা ?"
মহুকী মতুং তারকপদনা লৈকায়গী মীওই খরগা লোইনরকই।
অয়াম্বা মতমদা লঙ্গী, লমজাওদা, হোতেলদা মীগী থবক শুকমদা
য়ু য়োনকমদা ক্ময়গনবা, মতম মাংবগী, থবক শুদবগী নাচুংদবা
মীওইশিংছুনা মচে মবাইগী থৌদোক্তুগী স্নুংঙাইতবা কোংলৈ।
মখোয়শিংছুনা অওক অখোম তৌছুনা মাম্মা মনেগী পুকচেলছু
মীস্নুংশি চেনমঙ্গে, থম্মোই কনমল্লি হায়। নীংশিংনিংগ্রবা ব্রাকমছু
নৌনা কাইহৌরবদা হৈনবী ওইনা য়ু থকই। মানা থকপদা
মীওই খরছুঙ্ক চিংথদে। মরাইবক থীরবা তাইবং অনিছুনা
কুগী লৈতেং ওইথ্রবা তুংদা, মায়তেম্না য়ুগী নেশা চুহৌই।
তৌদবা য়াত্রবনা ঙাওত্রিবা ফাওবা য়ু থকনিঃ হল্লকপা ঙম্নগা
য়ুমদা হল্লকনিঃ ঙমত্রগনা য়ু থককমদা তুছুনা লৈগনি।
ব্রাহ্মীশি তারগা লুরাংলৈছু ঙাইহাক্তং থল্লগা হায়রকই--
"শিদগীদি ঐখোযগী কাদা য়ুছু থল্লশিঃ লৈবশু ঐনা চৎকনি।
—থক্তনবদি থামত্রদনা, নংগীশিবু শাউরিরো?
—শাউজদেঃ থক্তনবশু খরা লৈরগা হায়দোইনি, থক্তবশু ঙম্নকনি।
—থক্তবদি ঙম্নরোই।" য়ানিংদনা ঙক হাই।
—"থকপা তোক্লগেদা খনবিয়ঃ তপ্পা তপ্পা য়ু থাদোক্লবদি তিন্ন-
রিবশিংছুগশু লাপথোক্লরনিঃ মখোযশিংছুগা লোইনরিবমখৈদি
শৈরেং ইবদা খুরৌ ওইছুনত্তা লৈরনি।" হায়রিবশিদা অচুম্বা
য়াওরিঃ অছুবু থবক ওইনা ওম্হোকপদা মায়োক্লগদৌরিবা কয়াছুগী
খনবদা মায়তেন্দি অরাবা ওই।



লুরাংলৈহু নিংশা শাংনা অমুক অনিয়ক্তং হোজবা নগুনা পাৎে লৈতে। খল্লোই হায়বা ঘ্নারবা, নীংশিংদবগু ভম্লবা মীংকী পীনা ভাইহাক লৈতনা মনিং তম্লোই; থম্মোই মাগু মশীং খগুদনা কপ্লোই। পেন্দে, নীংগুমহৌদে হৌজিক্তী করি তৌরুনি? মীওইবগী থবায়না কৃগী লৈতেং ওইগ্রবা হকচাংদগী তোভানগ্রবা তুংদা শকউদনা লৈ হায়বশিনা চুম্লবদি মাগী অমদি মালুগী পুনশি মরেলশি মায়তেনগী থবায়না উশমু। অগুম্না তায়নকম খগুগ্রবা মতমহুদা থল্লকই। নাইতোম তোংবা উচেক্লা মতু পোল্লবদি মায়তেনগী থবায়না ওল্লগা মুংভাইজবা ফোংলবগুম খল্লি। উচেক্কুদা মুন্না য়েংলুবদা মায়তেনগী শকফমবু মাল্লকই।

মুমিদাংশিমদি তুমহৌগ্রে; অরাপ্পদগী য়েন খোংবা তারে। তুমনিংবগু ফাওদে, নোং ভাহৌরকপা ভাইরকই।



মুংথিল, ফি করুবা হোৎনরিভৈদা, চাউভোগা থবক তৌ-মিম্নবা পুলিশ অমনা পীরম্বনি হায়তুনা চোঙ্গোম্না চিঠি অমা লুরাংলৈদা পী। পাওশি অভোবীগু তারতুনা ইমুংদগী থোরক্লগা হায়—"করি মরোল হায়রকপগে পারোদনা চোঙ্গোন ?
—ইনেদা, ইরকপনি, ইনেনা পারশনু।" হায়রগা চোঙ্গোন্দু চংগ্রে। চিঠিদু হাংলগা লুরাংলৈনা হায়—
"ইনম্মা, ফালশিদা ফম্মু; ঐ পারকে।

—ক্ষমত্রবক্ত খাই৽ চিঠিহূত্থম পাক্রকউ ।" হায়রগা ফিশাকোলগী উখোঙদা ঙারগা চিঠি পারকপা ঙাই । লুবাংলৈনা পারকই—

নুপীমচা৽ নাতে চাদবা থবক হায়বদু তারে৽ খরা ফজনবা শৈরেংশিংদু মফমশিদা লৈবা শৈরেং ইবদা মমিং চংলবা মী অমদা শেমদোক্লবা পীবনি । অদুগদি মাংখ্রে হায়রক্লে । মাগু খিরকখিগেদি হায়রি৽ ঐনগু ফংনবা খিবীয়ু হায়রিবনি । অতোপ্পা ব্রা অমনা (ব্রাফমশিবু মানা হৌদোরকপনি ) নংনা শৈরেংশিংদু লাইরিক ওইনা নম্নবা পীবা শেনফমদু বেঙ্কতা ফিক্স দিপোজিৎ তৌরগা মদুদগী লাকপা শেন্দোইদুনা মায়তেনগী মিংদা এৱার্দ অমা অইব-শিংদা পীবদুনা লাইরিক ওইনা নম্নদগী হেন্না ফৈ অশিনি। ঐগু ৱাফমশি য়ানিংই । নংগী শেনফমদু ঐনা থরগা হাপ-চিল্লগা মফমশিদা লৈবা বেঙ্ক অমদা, মালুগী মিংদা ফিক্স দিপোজিৎ তৌখ্রে । অকুপ্পা মরোলদি ঐ লাক্লগা খম্নশিং ঐ খরা লৈরগা য়ুমদা লাক্লে । ননম্নদগু পাওশি তম্মু । নখোয় পুম্না অৱা অনা৽ খুদোংথীবা লৈরম্লোই থল্লি ।

নহাক্কী নবুং
চাউঙৌ

লুব ংলৈনা চিঠিহু হৈনিংদনা থুপচিল্লি । চাউচৌনা হল্লক-পদা অনম্বা লাইরিকশিংহু পুরক্লনি হায়বগী হরাও মখোই

কাজরম্বা বাখলহু মাংলক্লমাল্লে লুবাংলৈগী মায়হু মকশিল্লই; বাণ্ড ভাংনিংদবগুম তৌই। অঙৌবীনা হায়—"নং তাচৌনা পীখিবহুগা চপ মান্নবদি নঙোন্দা লৈহৌব্রা ?
—লৈত্রে, শিন্দোক্লনা থমহৌত্রে।
—অহুদি খিবা খঙদে হায়রবদি শৈরেংশিংহু মাংবা তারেনে ?
—অহুনি ইনশ্মা, মাগী পুনশিশে লাইবক থীরকপদ্মা নত্তনা মানা ইজরম্বা শৈরেংশিংগু লাইবক থীদৌরিমাল্লে।
—ঙশি হয়েংশিদা চিঠি অমা ইথো; ফংনবা খিদবা য়াদে, ঐনা হায়বনি ইথো করিবু তৌনগেনা মাংহল্লিবনো খঙদেনে ?"
অঙৌবীনা পাম্বোম তিংবগী মওংদা হায়। মখাগু তাই—
"হন্দক ফংত্রে হায়রক্লবদি ঐ ওইনা চৎকে, ফংনবা থিক্লগে। নথরায় মুংঙাইতবা তৌক্লমু।" হায়রম্মগা চৎল্লে। ফি অশাবা খুদিংগী শেনফম থরদং তুংশিঙ্গরগা লাইরিক্লু নম্নবা শাগৎচবনি। লাইরিক্লু উরগা কুগী লৈতেং ওইগ্রবা মহাক্লু মমাংদা লেপ্ল-বগুম খঙ্গগে নীংজক্লবা বাখলহু মমি শাম্বা তারব্রা ? তশেংনা শৈরেংশিংহু মমিং চৎলবা মুপাহুনা মাংহনগে থন্না মাংহনলিব্রা ? মশাগী কাম্নবা অমগীদমক মাংহল্লিব্রা ? নক্সগা নাতৈ চাদবা অমদগী মাংখিব্রা ? লুবাংলৈগী থম্মোইদা বাহং মথং মথং হংলি। শাংলবা মতম কয়া শৈরেংশিং য়াওবা বয়, চেক্ফোং কয়াহু মালুগা চপ মান্নবা মীৎয়েংদা শেম্নরকই। নোং ক্বাদোক চোঙ্গোম্না চেক্ফোং অমা পানবা পুখি। মমান্নবশিংনা মথং মথং বাইনহুনা পানখি। মহুগী থোঙ্গুল লিবদা লুবাংলৈদি তশেংনা

ৱাখি। মচা হল্লক্তখল্লু মমানা কোইথি খিবগুম খিজখিনম্নি। মত্তুংদদি মায়তেম্না ইরম্বা শৈরেং চেনাশিংত্তু শেংলগা তোঙাম্না থম্মী। খ্রাউদগী মরু ওইনা লৌজল্লিবা অমখক্তুংদি মায়তেম্না ইকোন কোম্না ইরম্বা শৈরেংতনি। শৈরেংত্তু মাম্নতেমগী থম্বায়গুম্না চেকশিম্না থম্মী। হৌজিকগু থল্লি, মায়তেম্না মশাগী পুনশি লোইরনি থঙবদগী শৈরেংত্তু ইরম্লিত্রা মত্রগ। শৈরেংত্তু ইকবদগী মাগী পুনশিত্তু লোমখিত্রা? থৌদোক্তুমগু মাগী মীৎমাংদা লেপ্লম্নি।



মুংখিলগী পুং অনিমুক তাবে; ইমুংদগী চেগা মাগী কলম অঙৌবত্তুগা পায়রগা মায়তেন্দু থোরকই। ফো শুবিবা লুৱাংলৈগী মনাক্তা চংশিল্লি; কলমত্তু মুক যাওত্রা। য়েংলগা হায—"মীনা ঐবু হুংলবদি অশেংবা তাকনু ঐ মমাংগী লম্পাক মচাশিদা লৈগনি। ঐনা যাম্না পামজবা শৈরবং অমা ইগদবনি, যুমদা ইরবদি মী লাক্তুনা ইবা য়াবরেই।" কলমত্ত মুক যাওবমত্রে ইমুংদা চ লগা মুক হাল্লি। থোবকপদা লুবালৈনা হায—"য়ুগী কাংবুত্তু থেংনববদি য়ুমদা চংলকশিকো। মাগুগী খরা থনবিরগা য়ুশিদদি থকপীবস্থু। মীনা নম-হাত্তুনা থক্তুবা যাত্রগদি ঐখোয য়ুমদা ওইনা থকপীযু।" লুৱাংলৈনা য়াজবিবত্তু মায়তেনগু থঙই; যাম্না হকচিম্না ৱাকন্থু হায়রগা থোকত্রে।

পুং অনিমুক্কী তুংদা মুপা অনি লাক্লগা মায়তেনবু হংলে। লুবাংলৈনা লৈতে হায়বদু থখোয়না খাজদে। ইমুংদা চংদুনা য়েংই লৈরমত্রবদুদা মুপা অমনা হায়—"মাগী লৈকম ঐ থগতে। চংশি লাকও।" হায়রগা খোকখি। মায়তেম্মা লমহাংদা, উখোঙদা, অচিকপা মকমদা কয়গা শৈরেং ইবা, লাইরিক পাবদু মহাক্না খেংনবা য়াওত্রে। লুবাংলৈনা লাপ্পা য়েংবদা মায়তেন্দু মখোয় অনিনা পুত্রে।

মখোয়গী পুনফম য়ুমদু য়োৌরে। য়ু থকপা হৌরকপগী অতুদা মায়তেম্মা হায়—"ওশিদি ঐ য়াম্মা পায়রোইকো।
—থজিক্কং থকপনদি চীন্দা নমথীনবনি কৈদোনদোইনো ? মনম নমথীনবগী ওইরদি খুদোঙ্গীনা লুপ্লগা চীথান্দা তৈরবগু য়াই।" অমনা হায়রকই। মায়তেন্দু মখা তাত্রে। মথং মথং থকই। মুপা অমনা হায়— "ইতৈমনা য়ু থকপা থিংবদুগী কিজরিরো তাদগীশিবো ? করিমত্তা কিরুমু মুপীদি খোঙনা খোক লাওনা কাওশিল্লগা লোইরবদুবো।" মাগী ৱাদু মায়তেম্মা য়ানিংদে। য়ু থকলগা মুপী অঙাংদা চৈ থাংবা, ওৎ নৈবা মাগী ৱাখলদা লৈতে। হায়রকই—"নতৈমনা য়ু থকপা থিংদে, য়ুমদা থকউ হায়বনি। চুমগু চুম্নিবনি।
—তাদগীদু ইতৈমা কনথৎপগী ৱানি ইতৈমবু য়াম্মা নীংবগী মওংনিনে ? মুপীনা ওম্বা মুপা তারেনে ?
—নতৈমনা হায়বা খুদিংমক ঐনা ইল্লত্রনে ?" নেশা পানবা হৌরক্লে, মথা তারকই —"হৈরকউ য়াশরু থম্ভক্না হৈজিল্লকউ ঐ নীংতম্মা থকে।" মুপা অমনা তিহ্নেলৌ অহিংবা মরু মচেৎ অমা ময়ানা চিকই, লেমহৌবা মচেৎতু মায়তেন্দা পীরগা হায়

—"তাদা মশিমতং চাবিষু ।
—ঐদি ইমানা পোকতৌদগী ভিজ্জো অহিংবা চারকত্রবনি।
—য়ারৌবী য়াদে তাদনা ভিজ্জৌশি চারবা ননাওবু মুংশি তাকপনি । চাত্রগদি ইয়ু হু নোং লব মীঃ নংনা ঐবু মুংশিদে তাকপনি ।" অমত্তুনা মায়তেনগী মীচংদা হায়রকই —"নংগীত্থু মী উশিংতবা কৌই। ঐনা নঙোন্দা য়ারনিং তৌরিবশিনি। মী উশিংতবদি তৌগ্নু । হাংতোকচনি ।" হায়া ঙাংখিবত্থুনা মায়তেন্দা ওনশিল্লগা হায় —"তাচৌ, (হায়দি তাদা কৌরম্বনি খোজেলগু নৌরকই) মানা ঐবু হাংকনি হায়রে। ঐশি হাংতোক-হন্নগে ।" অমত্থুগী মনাক্তা থন্না চংশিল্লি । মায়তেন্না য়াতেম্বগী মওংদা হায় —"ঐখোয়গী ময়ক্তগী কনামত্তদা হাংপা য়ারোইঃ তুহাও অমা ফাওবা ফোইবা য়ারোই । ঐগী ওর্দরনি ।
—তাচৌনা হায়রিবত্থু ঐগু য়াই ।" থৌনা ফনা হায়; অমত্থুদা ওনশিল্লগা মখাগু তারকই —"নংগুম্বা অঙাংনদি ঐঙোন্দা শিংনরকন্নু নং নরিল য়াম্না লৈত্রা ?" উপ্রাং হিপ্পগা মখা তারকই —"লাও, ইথক্তা নমজররাও; ইরাই লাইনা নংবু অমুক নমবীগে মত্থু ঙমত্রবদি ঐবু ঙম্বা শকচৌ ।" অমত্থুগু খুং য়েংতু লৈবাক্তা শাংনা থমলগা হায় —"অত্থুদি নংগু ঐগী খুংশি নখুং অনি চংত্থুনা নমজৌ। লুক্রাকমুক য়াংনা থাংগৎপীগে; মত্থু হেক ঙমত্রবা ঐবু ঙম্বা শকচৌ ।" অমত্থুনা মায়তেন্দা হায় —"তাচৌ নংনা অহলনি; ইবানিনা থৎনরিবশি অচুম অরাল য়ায়েল্লু । ঙমত্রগা ঐনা য়ায়েলগে । তৌবদি

তাচৌনা ৱায়েনবা ঙমদবগী ঐঙোন্দা তাচৌ কৌগদবনি ।" মাগী ৱাহু তাৱগা মায়ন্তেম্না য়াম্না মক ওইবা ৱাকমগুম্না হায়ৱকই —"নবানি শন্নবী শন্নাঙদগী শন লাবনা হেন্না ৱাইনগল্লিবশিংগী মরম খঙব্রা ? নত্রগা খঙলিংব্রা ?
—মহুগীবু মরম কৈব্রনে ?" অমনা হংলকই । মায়ন্তেম্না মখা তারকই —"লৈনে; মরমহু ঐ ঙশি নবানিদা য়াম্না লোম্না তাক্কে ।
—ঐদি মহুগী মরমহু মেডিঙগী খুঙ্গং খোরমদা হংগে নীংলিবনি । হায়ৱকউ তাচৌ ।" অতোম্বহুনা থম্বায য়াম্না য়াওবগী মঙংদা মখা তারকই —"তাচৌনা মহুবু তাকপীরবদি নঙোন্দা ওজা কৌগদৌরিবনি, মাবুশু তাচৌদা ওজা কৌহনগনি ।" মায়তেম্না হায়রকই —"নখোয় শন্না ৱাইনবদা মচিনা ৱাইনৈ হায়বশিংদি খঙইদনা ? শন লাবদি মচি অচৌবা, অশাংবা পাল্লি, অহুনা ৱাইনগল্লিবনি । নবানিশু নখয়াৎ লাওই, ননা ফল্লি অহুনা খংনগল্লিবনি ।" মানা হায়রিবশি চুমলিব্রা, মরী লৈনরিব্রা হায়বশি মশানা খন্দে, তারিবা মখোয়শু খন্দে । অমনা হায় —"তাচৌগী ৱাশি চুম্মী ।" তামহুগী লেংবান্দা পায়রগা —"নংশু চুম্মী হায়বশি য়ানিংগদবনি; মরমদি তাচৌদি শৈরেং ইবা মুপানি । তাচৌ, ঙশাইগী তাচৌমা ইরম্বা শৈরেংহু পারকউ ।
—তাচৌনা শৈরেংহু পারো, ঐনা ইশৈ শক্কে, নংনা ৱারী লিরো; অহু ওইরবদি ঙশিগী পার্টিশি মপুং ফারে ।" অমহুনা হায় । মবানিগী ৱাশিদা য়ানিংদনা মায়তেম্না হায় —"ইবা লোইদ্রি লোইরগা পাগে, নংগী ইশৈহুহুম শকউ ।
—তাচৌগী শৈরেংহু মীনা পানবা অমদি তানবা নত্রো ?

ঐখোয় য়াম্না তানিংলপোংনি পারকউঃ তাচৌনা পারোই হায়রগা ঐ পাগে পীরকউ ।" মায়তেনগী ফুরিংখাওদা হুমতুনা খিরকই । মাগী মখুংতু ফারগা মায়তেম্না হায় —"ফরে তারো, ঐ শৈরেংশি পারগে ।" মশাগা মোজা ফুরিংক তায়নবদা হাপথিবা শৈরেং ইবা বয়তু পুখোরক্লগা মমাংদা হাংদোক্লগা থম্মী । অমনা য়ু থরা হৈরগা পীরকই —"তাচৌ, শর মুংঙাইনবা থকচিল্লুশে ।" খুং য়েংনা লৌই, ওইনানা বয়তু পায় । ময়োল ফাইনা শৈরেংতু পারকই —"শৈরেং অশিগী মমিংনা 'কুগী লৈতেং' কৌই ।"
অমনা —"শৈরেং মমিংতুদি মুপী অঙাংনা ওথোক্লা কিরনিদা ।"
অতোপ্পতুনা —"কুবু লৈতেংনরব্রা হায়রিশিবো ?"
মায়তেম্না —"ভাগদবা ওইরবদি তুমিন্না তারো ।" হায়রগা শৈরেংতু পারকই—

"য়াইবী থয়ায়না মীরাইবিরবা
হায়বা ঐগী হকচাং পোলাংশে
উৎ ওল্লগদবা, থোঙ্গল মাংশিল্লক্লবা
লৈতেংলবা কুদুগী, কুগী লৈতেং ওইনা
পামই ঐনা হিপচবা, মতম্বাক্তা নীওঙাইদনা ।
মপোকশিমগী অরোইবা লন
অশিবা হকচাংগী ফমুং,
পুংজা থরগী পুনশিদা
ঙাইহাক্তং তাইবঙগী কুম্মেদা
মতেং পাংলিবা কুদুদা
অচুম্বা অচম্বগী শক্তম

অঙৌবা মচুগী ফিনা
কুগীরক্কনু খজিত্তগু কুগীরক্কনু ।
মতমগী শাহিত্য ঈপাক্তা
খোঙজেল য়াংনা চেন্নিবা
কার্গো-শিপ, শব-মেরিন
পেশেঞ্জর-শিপকী মরক্তা
পাল তিংবা হিনাওগুম্নবা
লৈকাং চারবা ঐগী শৈরেং চেশিংনা
ওইহল্লু ঐগী কুগী লৈতেং ।
তাইওম্নগনু হিংহৌবা নখোয়না
মীনম্বা নপুক্লিংদু লোৎনবা
শাশিন্নবা শকফমদু খঙখিদনবা
লোচ্ছোক্তবা মরাল লৈজন্ত্রবা
নুংশিরবা লৈরাংগী খুজোক
চাইবিরক্কনু থব্রায় য়াওদ্রবা
কুগী লৈতেং ওইরিবা ইথক্তা ।
থাজে ঐহাক্কা মশিমগগু
মোংফম য়ৌনা চৎলিবা
তারা পীনদবা য়ুগশিগী গাড়ী
থব্রায় য়াওদ্রবশিংগী 'মত্তা তাইরবা
ফে ফত্তে মরৈ য়েন্ত্রবা কুদুদা
ঐগী নত্রগা ঐগুম্বই মিং
ইবিরক্কনু মমি শামি খুৎই ফজদনা
ওইরশনু মদুনা কুগী লৈতেং ।”

পাবা তোকলগা মখা হায়রকই —"মশি কাওবদা ইরিঃ লোইশিন্‌ত্রি ।" শৈরেংশি তারগা শৈরেংগী মরমদা করিমত্তা খঙদবা অনিহুনা মরৈ তৌরকই । মায়তেন্দি করিমত্তা ঙাংদনা বয় কলমহু মফম চানা হাপচিল্লগা থোরকই; অনিহুদি ওনশিন্নহুনা মরৈ য়েৎনরি । য়ুমদগী থোরক্লগা লম্বী য়োরে । মতমহু মুমিদাংগী পুং তরামুক তারম্মনি । ঙাইহাক্কুদা মায়তেন্না পুং কয়া তারম্মনি খঙনিংলকই । ঙল্লবদি লম্পাক্তা হিপ্পগা য়ু ঙাওবা কহনগে খল্লি । মাংলোমদা তুংলোমদা মী লাকপগী মৈঙাল উব্রা য়েংই । খুৎ খল্লগা, মমিৎ শিংনবা মকোক্তু নিক্লগা কোইয়েং য়েংই । উব্রবদা, লম্বীগী মতাই ওইরম্না ফম্নগা বাখল তৌই —"য়ুমদগী থোরকপদা পুং অনি তাহোরে পুং অনিমুক ফম্নবা তুংদা মখানি লাকপনি; ঐখোয়না কম্বহুনা পুং ৪.৫মুক ওইরবদি হৌজিকশি পুং ৮.৯ মুক তারম্বা য়াই । অহুদি য়ুমদা হনবা ঙল্লি, ঙাইহাক্ত' হিপ্পা য়ারি ।" তাঞ্জাশিদা মৈ ঙানফাত্তবা মুটর অমা থোরক্লনা মাগী মনাক নকশিশাল্লিবহু উরে । ফুক হৌগৎলপ', খায়নবা মখুৎ অনিমক থাঙ্গংলি । থৌবক্লিবহুনদি অরাপ্পদগী উরে; য়ু ঙাওবনি, মৈগে খন্না থোরক-পনি । মায়তোন্না ফুক হৌগৎলকপশিদা চম্মবদগী গাড়ী মমায় হাইরে । গাড়ীনা মায়তেন্দা থোমলে; লম্বীগী নাকলদা তুরে । থোরিবহুদি কিবোই পাখংপোই খাম্মদনা কন্না থোৱে ।



মথংগী স্নুমিংতা মীয়াম্না, থবাক্লগা হৃকচাংগা তোঙান্নবা মায়তেনগী হৃকচাংনা লম্বীগী মাকন্দা উপ্পা তাম্নহ্ন খেংনখি। স্নুমিংতুদা উখিবা শকফমহ্ন হৌজিকশু লুবাংলৈগী মীৎতা উরি। স্নুমিংতুনা মাংখিবা লৌশিং, ঙাওখিবা কোক হৌজিক্তা খোক্লবগুম্না তৌরকই। তারক্লিবা পীহ্ন তৈথোক্লগা ইমুং চংই। উপু মসুংদগী মায়তেম্না লুনা থমজবা, শৈরেং ইবদত শীজিম্নবা কলম অঙৌবহ্ন লৌথোক্লে। মুম্না য়েংলগা কলমদা শিং শিং নাক্লি। বাফম অমা মীৎতা উরকই। মায়তেনখোয়গী লৈকায়দা লৈবা মখোঙ চিংবা অহল অমা স্নুমিদাংবাইরম খুদিংগী লিচৈ মরু য়াওবা অমদা শৌরগা কোইচৎ চৎলি। মাদি ময়াম্না চৎনবা লম্বীদা তোয়না চংকন্দে। হান্নদি লম্বী ওইরম্বা, হৌজিক্তা অমনবা লম্বী ওইহৌরবা লম্বী মতেক্তুদা হুনগৎ হন্দা চৎপনা অহলতুগী পামজবনি। মুংঙাইত্রিবনা, অহলতুনা কুগী লৈতেং ওইখ্রবা তুংদদি অমনবা লম্বীতুগা লিচৈতুগা উনখিদ্রে। লৈহৌরিবা মরী মতাশিংতুনা অহলতুগী পোৎলোইবগী মৈদা লিচৈহ্ন থাদোকখি। অহলতুগী নীংশিং খুদম ওইনবগী মহুত্তা লৈহৌরিবা মরী মতাশিংতুদা লিচৈতুনা মরম ওইতুনা অহলতুগুম শোইনাইরক্কনি কিতুনা তৌরিব্রা খঙদে। লুবাংলৈগী বাখলদি মশিংগুম্নশি নত্তে। নোংমতা মীয়াম্না নীংশিংবিররোইদবা, মাগী মফম পীবিদ্রবা, মমল লৈহনবিদ্রবদি থম্মদবনা হেম্না কৈ, অশিনি। মীয়াম্না অতা অতুগুম খনবীরবা কলমহ্ন মথুৎ অনিনা মনিংগা মমাংগদা খুংপায় চেংনা পায়রগা মুক্লগে তৌরকপদা, মপান্দগী

মালুনা হায়রকই —"ইমা ঐ হল্লকএ ।" মচাগী খোঞ্জেল তাবদা পীনা চোৎলবা লুবাংলৈগী মায়হু লৈথোরকই । মমানা পী তানা কপলম্বগী মরমহু মালুনা খঙদে । উপুলিগী মনাক্তা কম্লগা উপু মন্নুংদগী বয়শিংহু য়েংলগা পী শীন্থনা কপ্পদি য়াম্না তোয়না থেংনরে । মানা মীরোল তারকৈঙদগী ঙশি ফাওবদা মমানা থবায় তানা নোকপা, হরাও তয়াম্না লৈবহু থেংনখিদ্রি । মমানা বারগা রাজবা মচা ওইকবনা মালুহু কপনিংনা মমাগী মনাক্তা চংলকই। য়াল্লিবা থাওহু ফাওবা থমদে । লুবাংলৈগী থম্মুংদা ওমলিবা মৈচাক্তু মপান থোরক্লুনা কপঙাং ঙাংলকই —"মপোক থীবা মপানা থনম্বী, লাইবক থীবী মমা ঐনা নাওয়োকপী ইমাগী মালু.......... ... ।"





অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং —

ইশং কারবা নুং [ৱারী মচা]

কায়নবা অহানবা শরুক [নোভেল]

মীতৈগী কংলা শা [শৈরেং]

অইবগী মথংদা ফোঙলগদবা লাইরিক —

কায়নবা অনিশুবা শরুক [নোভেল]